মৈতৈলোন অরিবগী

# অশ্বমেধ পুয়া

( অনিশুবা শরুক )



ও. ভোগেশ্বর

মৈতৈরোল অরিবগী

# অশ্বমেধ পূয়া

( অনিশুবা শরুক )

( অধ্যায় ৪ দগী ৬ ফাওবা )

ও. ভোগেশ্বর
চিংঙামথা লিম্বা মাইবম লৈকাই

মমল লুপা ৩/৫০

অফোওবা—

অইবা মশামক।




১[illegible]৬ ইং

কোপী মশীং – ১০০০

হকপুম্বা কল্লবা

ছাপা নম্ফম—মণিপুর গীতা প্রেস; শিংজমৈ, ইম্ফাল।

# অশ্বমেধ পুয়া

( অনিশুবা শরুক )

## মরিশুবা অধ্যায়

য়ারম অসি মতুংগীবু জয় য়াইকথোইবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু তাঙজা লুপ-থোংনা পুকন্নবগা য়ায়ী পরেং খিজিক হৌনা য়াহন্নকে।

ঈশ্বর মপুরেন্দি ইমুং কোবা চীংমুং শোয়রবগী য়োইময়াই তাউদনবনা মুমিৎ মঙাস চাউনা খিং খিং খেনগারক্লবদা কমজাউ য়াতাকমগী হৌগৎলক্লবগা কোয়ৌ নোংজা খুদিংগী লমচৎ মহৌশাবু লোইরবগা স্নান ইরু শান্দে লে। তর' লুক্কং হানা থৌরম মতোল লোম্লবগা ভীমসেন অকনবদা যজ্ঞ মঙমশাবু লৌরু-ও হায়না পাউ-মেনবগী চীংঙু ময়াথংবু নাতারবদা বৃকদর অকনবনা মশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দা লাঙ্গোই শগোল লৌরু-ও হায়না পাউমেনববু য়ারম পাউরেং খঙহল্লুরবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না পাউমেল্লকয়ে।

কীর্ত্তিবর্ম্মা, মেঘবর্ন, বৃষসেন নঙথোয় মরিমানা উনবি পুকনিং চেংনা যজ্ঞ মঙমশাবু য়াঙনা লৌরকলু-ও! খোঙমী লান্মী পুন্নমান্নুং লীকং খুত্তাশু তেন্দোং নমদা পোনা লেংয়নচেমও! যৌবনাশ নিংথৌরেলগা মপারী সুবেগ মথোক্লকপগা অনিমান্নুং য়াউহল ও হায়না পাউমেন-বাবু নাতারবদা লান্মী অথৌ লিচা হেপ্প। পুন্নমাদি লানফম থোইনা ঙপ্পদা চঙখিগে তৌবা মরম্মু পোৎলোই মঙায়াইনা চঙখিরে।

কোয়ৌ নোংশাকোন যজ্ঞ মঙম-শা অহুবু শভম কীন-কমদগী লৌথোক্লুরে। তুলাই লেংদম তোংবা লাঙ্গোই-শা তোংববু মশীঙ থিঙমদনা শগোল কোয়না চৎয়ে। লাঙ্গোই কোয়না চৎপা অহুর্শিংদা পানগল মঙান চাউবা কনাবু চঙলগনে হায়বগী মাইকৈ চিথৈক

মরিমাদা চেংলৌ মমিৎ থক্না য়েংগ্র। মতৌ অসুম ওইনা কোরৌ নোংশাকোন অদুবু চীংগু মাঙদা থানা পুশিল্লক্রবদা শ্রীদেবকী যশোদা অনিমানচিংলিবা মুজা মরুপ পুম্নমাক্সং থুৎপাক লাইখনশা মুংঙাই মরাং কায়না য়েংনরে। অসুম য়েংনরিঙৈদা অংশুমান হায়না কৌবা রাক্ষস হিংচাবা অদুগী শাগৈ মচেং পাচামা অনুশান হিংচাবনা ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী লাঙ্গোই মণ্ডমশাবু চিংথোক্লক্লে হায়না নাতাব্রবগী চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা যজ্ঞ মণ্ডমথৌ অসিবু য়াঙনা থুগাইগে হায়না পায়মা মপুক্লুংদা নিঙ্লুরে। রারম মতৌ অমসুং কৃষ্ণ লাইমরু মহাকপু হুয়েল লানশোক্লগে হায়না মতম কয়া মরম কুইনা নিঙঙম্বু থোক্লরে। ভীমসেন কৌবা অসিনসুং মশাবৌ লাংওন মথকীবু য়াইবী থবাই হাৎখিয়ে। মরম অসি খৈবিকী কজাউ লাকঙমদবনা লাঙ্গোই খুৎঙম থিনা মুনগে নিঙ্লক্লে। মৈরী মতম মানবা নিংথৌ হিংচাবা অদুনা মহাযজ্ঞ অচৌববু থুগাইগে হায়বগী খাম্বী মৈরীতোনগুম চঙলক্লে। রাক্ষস লমকেৎপা অদুনা নমু মীয়াম কোয়না চেৎনা ভাক্লিবা কোরৌ নোংশাকোন অদুবু মতম খঙলৌ ঙমদনা হুথোকখিরে। ঈশ্বর মমাঙ শংশংবদা লৈরম্বা যজ্ঞ মণ্ডমশা অদুবু অত্যা নোংলোম্বুক্তা পুথৎখিরবগা য়াব্রা খোঞ্জেল চাউনা লাউনা পাউমেল্লকয়ে। রাক্ষস হিংচাবগী নিংথৌ অনুশান কৌবা পাঙ্গল কনা ঙমকদববু ঐনে। যজ্ঞ মণ্ডমশাসুং শমু ইখুৎপাক্তা চললে। কোরৌ অসি নোংজামাদি কৃষ্ণ লাই মরু নহাকপুসুং প্রাণ থবাই লৌগে। ভীম অর্জ্জুন অনিমাবুসুং শমু ইখুৎপাক্তগী থবাই হিংখিনববু লৈতরে। তেঙ্গোল মীপুম থিঙমদবা অসিশিংবু লানকম চাপুক ওৎনা থুগাইদরিবমখৈদি ইরান লোনয়ুম য়ায়দা হলবাইরোই। যাদবি পাণ্ডব নঙথোয়গী জব তপশ্যা ধ্যান পুম্নমাবু লাইনিং মথোঙ কায়না নোইহৎলমগে। ধর্ম্মপুন্য পুম্নমা মহাকপু লৈহন্দনা থুগাইরগে। শগোল শামু হুলাই ছত্র ছেকপিন অসিশিংগা নপারী ননোংমাই পুম্নমাবুসুং পাঙ্গল খুৎঙম-থিনা হাৎ-লমগে। লানশোক ইমাঙ্ লেপকে হায়না ভাইথম্নিববু কনানো শমু

ইখুৎপাক্কী কোয়ৌ নোংশাকোনঃ হায়রব্রবগা যজ্ঞ মঙ্গশাবু পুনা চৎখিয়ে। য়াথং মপাউমেন হায়রম্বা অদুবু নাত্তাবরগা লাম্মী লেংবা তিনবা খৈবিক্তি উনবি পুকনিং ওয়া লৈয়ৌরে। অসুম পুকনিং অঙক চঙ্না লৈরিবৈঙদা শ্রীদামুদর অথোইবমা পাউমেল্লকয়ে।

লাম্মী পুয়া তিনবা নঙখোয়বু করিগী উনবি অঙক-চঙলিবনো? নিংথৌ হিংচাবা মখুৎপাক্কী কোয়ৌ নোংশাকোন্দি ঐ লৌরুগে। রুক সাথৌবত্তুম কদায়নো? য়াঙ্না পাউকৌরক্রু-ও হায়না পাউ-মেনববু নাত্তারবদা লাম্মী পুয়া তিনবা খৈবিক্লা পাউথুমজেয়ে।

হে ইবুংঙো তাইবং অপকথাগী থরাই মমিরেন তা-ও। চীংঙু নঙদি করিগী হুয়েল লানশোককমদা চৎলুগে হায়রিবনৌ? নরূপ ননাই অকল অথৌ পুম্নমাবু মশীঙ শিঙমদনা ঙাইখমলিয়ে। নদাইরেম কীর্ত্তবর্ম্মা সাতাকি অর্জ্জুন নকুল সহদেব ভীমসেন বৃষকেতু মেঘবর্ন যৌবনাশ সুবেগ মাখোয় অসি খৈবিকপু মহাক মহোম মদোম্মানা তাইবং ময়োল অহুম্মাবু শমু থুংথুম চনগে হৌওম্বা মশেম্মে। অনুশান হিংচাবা অদুবু নমু মীয়াম তিম্না কোয়হৎলবগা কোয়ৌ নোংশাকোনবু মুল্লুহৈঙনে। ব য়ম অসুম ওইরিবৈঙদা চীংঙু শ্রীকৃষ্ণ খোইথোইবগী মপায়ী কামদেব মথোক্লকপনা কোনোয় নাপল রাংনা পাউমেল্লকয়ে।

য়ায়ম করিগীদমকপু পুকনিং ইরৈচয়া হাযম্রিবনো? হৌজিক চে লৌ মিৎকুপময়মদা কোয়ৌ নোংশাকোনবু মুম্লবগা অনুশান হিংচাবা মহাকপুস্থং পরৈ লানগা শানা পুথোক্লকে। রাকস হিংচাবা মহাকসুং লাম্মী মীরূপ পুম্নমাসুং নাপি মতম মানওম্বা মশেম্মে হায়না কামদেব ময়াথংবু অসুম নাত্তারবদা ঈশ্বর মপুরৈম্নচিংনা নমু মীয়াম তিনবা খৈবিক্তো উনবি পুকনিং ওপ্না হয়াউরে তৌম্রিগুম নমু মীপুম অনিদদি হৈনা নতুংইম্না চৎহল্লো। অনুশান হিংচাবা অদুবু হকশাং মঙান চাউবগী পাঙ্গল পঙ্না ওমকদে। লানশোক মাবু ওম্নবা পুক্নিং লাইরেক চনফরোই থৌরম নংথোম্নবু চেৎনা তৌরৈঙনে হায়না পাউমেনবা কৃষ্ণ কোলোয় ময়াথংবু নাত্তারবদা বৃষকেতু অথোইবনা পায়না য়াগী

উনকোইনুংদা হুয়েল লানশোক্লনিঙববু চাউনা লৈঙম্বগী চীংঙু সনা মখোঙ-খা সভা মীয়াম মাঙদা রাশক অরুববু হায়না পাউখুমখিরে। বৃষকেতু ঐনা হন্দক কামদেব মখোক্লকপগা ঙাইরোইনবা অসিদা অনুশান হিংচাববু লানশোক ঐনা ঙম্লবগা কোরৌ নোংশাকোন মহাকপু লৌঙমদনা হলরাইরক্লবদি কোরৌ অসি নোংজামাগীমথৈবু নরক ফম্বিরেনগী কোমজাউ পুথকমদা মতম নোংশাং কুইনা ইরান ফম্বিরেনবু লেপ্না ওইরুগে। পাপচু অসি মথক্তা পম্লৌ ইপা শাৎমাব শুক্র শাগৈ অতোনবনা ব্রাহ্মনী চমুরাদা পুকনিং ঙমচিন তাল্লুবা ঋতু কিশেং লোইরবদা মথং লাইওইনবনা গর্ভ মহম্ম পীদবা ব্রাহ্মন পাত্র মকমলেন্দা শুক্র শাগৈ অতোনবশি'না পুকনিং হেনজিল তান্না ঙরা খুৎপুন হুক্রুবা মরম অসি খৈবিক্কী পাপ মরোল য়াম্বা অসিবু পুনা চৌরাশ নরক পুথকম অদুবু বৃষকেতু কোবা ঐগী মওইজরগে। হে দেবহরি অখোইব ও! চীংঙু কোশোয় নয়াথংবু খীনবিদনা য়াঙনা খাথোকপিরো হায়না অমুম রাশকপবু দেব দামুদর অখোঃবনা নাতারবগী অনৌবা পুক্লিং হরাউ থোইনা শুমু কর্পূর য়াউনা তিল্লবা পান্না তপ্তাইমাবু শ্রীহস্ত খুৎতোন নিঙথিবা মহাক্লা থৌজাল মাই-য়োক্লনা পিজরবগী—

হে বৃষকেতু অথৌবা! নঙ্দি নিপা মীওই চঃখোনবা নহাক্লে। কোলোয় নয়াথংবু কায়হনগুনো। ইপান্নী কামদেব অকনবগা নবিঙ দনসুং লানশোক খুৎথুম চম্না মঙম্লু-ও হায়না থৌজাল য়াথং পিরবদা কামদেব বৃষকেতু অনিমাদি দেব গদাধর অখোইববু তিনবার অহুম্লকপু কোয়না পুরুম্লবগা চীংঙু সনা মখোঙখাগী যাত্রা খোঙশানখিরে।

শঙ্খ মোইবুং মনিম্নাই য়াইক খোঞ্জেল থোক্লা অনুশান হিংচাবগী লানকম ফম্বিরেন্দা পুক্লিং চৈরৎ লৈতনা চঙখিরে। তেন্দোং নমদা-হুন লীরুং খুত্তা শূনা লীয়ী খেনচোং তিংখৎলবগা য়ারা মখোঞ্জেনবু কোরৌ নোংখাকখোনগুম পাউকৌরুয়ে। ঙাউ-ও! হে অনুশান হিংচাব-ও! লানকম হন্দকনোং অসিদা পাঙ্গল কনাগুম্বনা থরাই

নমিরেনবু কনবিগবনো ? কৃষ্ণ লাইমরুনা মপারী কামদেব হায়না
কৌবা রায়রা লীশূ হৈয়ে হায়না ভাইবং নোংশাপালদা কাউরিবা
অদুবু ঐনে। কোলোয় ইমিংথোংবু ভাবদা পুক্নিং অকি চঙ্‌ববু
লৈতবরা। থাম্বী মৈচাক উৎকুম্বা য়াথং নচিন থিবনা পাঙ্গল নতিক
নত্তরা দেবহরি লাইমরুবু কত্ত য়াথং থোক্না হায়রময়ে। কামদেব
ঐগা ভাইরোইনরকপা অসিগুং চেংলৌ নমিৎ থিৎনা য়েংজৌও। কর্ণ
পাঙ্গনবগী মপারী বৃষকেতু কৌবা অদুনে। নমাঙ শংশংবদা লানফম
মাইয়োক য়ানা করম থাঙগে নিঙলিবনো ? পাঙ্গল মঙাল চাউবা
ইবিংঙাগী শমু ইথুৎপাক্লা থরাই নমিরেনবু শিনিংদরবদি লাঙ্গোই
নঙনা তুখিবা যজ্ঞ মণ্ডমশা অদুবু য়াঙ্‌না পুরকও লাঙ্গোই পুরক্ত্রবদি
থরাই নমিরেনবু হিংঙল্লরোই। তৌরিগুম পাঙ্গল নথোরাং নহাকপু
তাঙ্‌না খঙলসে। অপুশান হিংচাবা নঙগী রায়রা মতিক লেবা
তেনবি নথুৎশূ মহাকপু তলরী থমোই ভিং লকা তেনমৈ-চপ্‌ লীচীং
নাকোং ফংনা শমু ঐগী ইহকশাংদা পালহল্লরো হায়না পাউমেনববু
নাভারবদা পুক্নিং কত্ত চেনবা রাক্ষস নিংথৌ হিংচাবা অদুনা পাউখুম্লকয়ে।

লানফম ইমাঙ থানা চঙলকপা নথোংদুম যম মথুৎপাক্লা
চৎনিংবগী লাকলবরা ? লানফম মওং খঙদরিবা নবিঙাবুদি রায়রা
ইথুৎশূদা নোংমহনগে। লাম্মী নথোয়না ভাইরোইনরকপা খৈবিক্তি
পায়মা ইপুক থম্না চাহৎকে। রারম অসুম লৈববু খঙজদনা ইমাঙ
শংশংবদা করিগী চঙলকপনো ? তৌরিগুম নিংথৌ ইতিক খঙদনা
য়াথং নাপল রাংজরিবা নবিঙাবু লাউ-ও! লানশোক নবিঙাগী
নথৌরাংবু য়েংলসে। থায়না লহামোং চৌংঙু মহাদেব থোইখোইবগী
লৈগী লীরুং মথুৎশূ মহাকপু রায়রা ইথুৎশূনা নোংলোন অতিংঙাদা
ককথোক্লবগী শঙ্কর নোংপোক মহাদেবদো নিঙ্‌তে হলরাই য়েংলমদনা
চেনখিবনে। পাঙ্গল নবিঙাগী নথৌরাং অসিনদি নিংথৌ ইংানবু
নত্তে। পঙ্খৌ নঙবু পোকপা কৃষ্ণ লাইমরু মহাক্রুম লাকগুনো।
ছরেল লানশোককম অসিদা রায়রা ঐগী ইত্তেনচানা নোংমরুহনগে।

নাল্লা নথোক্লকপা নবিঙাবুদি ভল্লা চথোম্ মকমস্থং য়োৎশিংলোই হায়না পাউমেনববু নাতায়বদা প্রদ্যুম্ন অকনবনা য়াইবি কলহৌ নীক্লবগী লীরুং মথুংসূবু লীরী থেনচোং তিংনা রায়রা তেনবুম মঙা-মঙাদংবু সন্ধান পান্দম য়েংনা কাপ্লবগী মাইকৈ চিথেক মরিমা মহাকপু নোংলেন মথোঙ ফুইনা চুবদুগুমলে। রায়রা নোংজুনবা অদুবু অনুশান হিংচাবনা পুক্লিং শৌপিং লৈরুদে। কামদেব মথোক্লকপদো পাঙ্গল মথৈ লৈতে। রায়রা থোইনা লীশূ হৈরে হায়না তাইবং নোংশাপালদা মাইকৈ মথোং শেন্দনা কায়নরিবা অদুনে। পাঙ্গল অদুম ওইবা কামদেব মথোক্লকপা মহাকপু অনুশান হিংচাবনা পুক্লিং থৌওই লৈতনা পাউমেনখিয়ে।

হে কামদেব! অঙাং মতম ওইরিবা! নঙবু পাঙ্গল নতিক নত্তনা ইমাঙ শংশংবদা নাল্লা শাম্ন-থোগুম. নাপি মতম মানগুম্বা নঙনা করিগী থোয়মা মাইয়োক য়ানা লৈরিবনো? নঙবু য়াইবি থরাই মাঙহল্লবস্থং পন্থো নঙবু পোকপা দেবহরি অথোইবনা পাঙ্গল ঐবু কদৌ ঙম্নরোইয়ে হায়না পাউমেল্লবগা রায়রা মতেনচা মক্তবরু লীরী থমোই তিংনা কাপখিল্লবদা কামদেব মথোক্লকপগী থম্মোই অথীবদা থারুরে। রায়রা তেনবানখোন অনাবা অদুনা মালেম লৈদা তুনা রাস্থখিয়ে। মতৌ অদু উরবগী বৃষসেন অকনবনা য়াইবি কলহৌনীক কঞ্জাউ মথৈ লৈত্তনা রায়রা তেনবি মক্তবা মশেনবু অনুশান থক্তা উপ্না তেনবি নোংজুনরে! মতিক পান্দম লৈতবা অনিমাদো পাঙ্গল মথৈ ফংনা শোক্লরে। শয়েং পানবু হাইনা য়াম্নরে। তেনবি মশেন কাপথেক্লনা নোংলেন মথোঙ ফুইগুম শোক্লরিবা অনিমাদো খুৎশূ মপৈ য়াম্বগী চংবী লাকোনলক্তা নোংজু কুঙনা তাবা থোনগুমম্নে। নমু পোংওইবা পুম্নমানা মাইকৈ মথোঙ খঙ্দ চেংলৌ মিৎথোং থিং উনবি পুক্লিং ঙক্না য়েংনরে। রায়রা তেন্কাপ নোংজুনবগী মাইকৈ মথোং মম্না অস্থম হুরেল লানশোক্লরবদা অনুশান হিংচাবগী রায়রা মতেনচা অথৌবা অমনা বৃষমেতু মহাকশাংবু ভম্না কাপ্লক্লবগী হকশাং

অথীকমদা পাল্লুবনা মালেম লৈদা তুখিরে। মালং নোংশিৎ তেন অমনা অসাইহৈঙগী মালেম লৈদা তাদুনা রাম্থুরিবা কামদেব পাঙ্গনবা অদুবু রায়না তেনজিল থোংনা খোইমোম সনা মখোঙ-খাদা তাহল্লুরবগী দেব জগৎনাথ অরোইবদি পুক্লিং কঞ্জাউ থোইনা পাউমেল্লকয়ে।

হে কামদেব। অঃতানব-ও নঙবু চৌংঙু ইপারীনে হায়বদি তাঙজা হৈকাতক্লইয়ে। রুক্মিনী অহেনবিগী গর্ভ পিবুকমুংদা চঙনা করম পোক্লবনো? কামদেব! নঙবু চৌংঙু ঐগী ইপারীনে হায়না তাইবং নোংশাপান্দা হায়নবদি মরম নত্তবা থৌরম ওইদ-রাবু থোক্লে। ইনাক শংশংবদা লৈরগুনো! হে মূর্খ অপঙবা-ও! ত্রিপুরারী মহাদেব অখোইবগী মীচৈ অরূপদা থাম্বী মৈচাক উৎপু ওইনা নদোম মাঙজরুরো। চেংলৌ নঙগী শকপাম্থোং অদুবু থোইনা মিৎয়েং শানখৈ নিঙদবে হায়না। পাউমেনববু ভীমসেন অকনবনা চৌংঙু মপাউমেন অদুবু নাত ঙমদরবগী হে ইবুংঙো শ্রীগদাধর অখোইববু মরম করিগীদমকপু রাইবি কলহো-নীক্লা শাউরিবনো? লানফম রাইথি রাইফরা অনিমাদি খোইমোম লাইগী নোংদমে। প্রদ্যুম্ন অকনবগা ইবিংঙাবু ঙাইরোইননা অয়শান হিংচাবা মখুৎপাকী কোরৌ নোংশাকোনবু লানশোক খুংঙম থীনা মুন্নুগে হায়না পাউমেল্লবদা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেমা হে ভীমসেন অকনব-ও! রাথং নপাউমেন অসিবু নাতাবদি পুক্লিং খোইনা হরাউরে। পাঙল নপা তাম্বা নথিংঙানা লানশোক অঙম তান্না চৌংঙু ঐগী উনবি পুক্লিং পেলহল্লো। থৌরম অসুম ওইদরবদি পুক্লিং মুংঙাইতববু হেনহোরহৈঙনে হায়না অমুম পাউমেম্মরিহৈঙদা হুয়েল লানশোকফমদা তুনা লৈরিবা বৃষকেতু অকনবনা পায়মা পুক্লিং শিংলক্লবগী উন্‌বি পুক্লিং তপ্না মদোম নিঙথল্লকলে। বৃষকেতু ঐদি চৌংঙু সনা মখোঙ-খাদা কোলোয় রাথং চাউনা রাশক্লকয়ে। রারম মতৌ অমসুং পঙ্থৌ ইপা কর্ণ পাঙ্গনবগী মপারীবু ওইবা ঐনদি লানফম ইমায় ওল্লিবা অসিবু মরম করিগীদমকনো? ইপল কর্ণ পোকমাবদি য়োইময়াই তাউদনবা মপারী ঐবু অনুশান

হিংচাবা ঙসিনা হুয়েল লানশোক ঙম্লবদি পম্মৌ কোলোয় মমিংথোংবু মাঙহনবা মিংচৎ ময়েং তাহনববু লেপ্না ওইয়ে অস্থুম নিঙথম্লিঙৈদা ভীম কামদেব অনিমাদি ঈশ্বর মপুরেনবু মালেম লৈদা পক্লা পুকম্নল্ল-বগা অকি পুক্লিং লৈত লানকম কঞ্জাউ-থোই উনবি চৈরৎ লৈতনা ক্রং লমঙম তেনগুম লানকম চবুক ওৎ লানশোক মনিঙ্ ফাউনা চাইথাইরে। চেংলৌ মিংকুপ ময়মদা থেঙ্গূ মথুংশূনা লানমী চৈরক থায়না হাইচিনখিববু তেঙ্গোল চবুক্রুংদা লৈঙম্বা খোঙমী লাম্মী পুন্নমাদো কোটি মশীঙ লাকঙমদনা হাইথুরে। লাঙ্গোই মোইশা-য়া, কোয়ৌ নোংশাকোন, ডুলাই, ফিরাল. ছত্র, ছেকপিন মরম অসি থৌখিকপু থাম্বী মৈচাক উৎপু ওইহল্লে। রাক্ষস হিংচাবশিংগী লৈতেং ফিরোই পুন্নমান্নং পাঙ্গল খুৎঙম-থিনা মুল্লবগা চৈরৈ মথাক নাইদনা শেৎথাইরে। লানমী মীয়ায়ক্কগী পুন্নং অচৌ মৈগুম লানশোক পঙনা ঙমকদে হায়না পাঙ্গল শীঙথানরিবা থৌখিকপুন্নং থেঙ্গূ হাইমরক্তা হুয়েল লানবুম চাম্মা চাম্মা শুনা হাইথুরে। তেঙ্গোল ফম্বিন্নুংদো ঈঙাং লৈতেংননা লান্দু মীয়াম শানা মালেম লৈথোম পাৎকুমলে। লানশোক মতৌ য়েংবদা উনবি পুক্লিং ঙক্লা শোঙকীনরে। কোয়ৌ অচু গুমিৎমাদি অস্থুর হিংচাবা পুন্নমা মহাকপু ভীমসেন মথুৎপাক্তা নোংমল-ও হায়না চীংঙ্ নোংদম্বা মথৌথাগুমলে। লাঙ্গোই মোই-শায়া মচুম য়ারক শিন্না পাঙ্গল ময়াই কারিবা শামু য়াপানবশিংনা থম্বাল ল্যাংকোন চাইবদ্রগুমলে। ভীম মতৌ ওম্ভোকপা অসিবু লানশোক হায়হৌঙাইবু লৈতরে। রাংলেন পুংজা মথাইমাদা তেঙ্গোল লানবুম তয়া তরাবু লানশোক মমাঙ থাঙদনা মাঙহল্লে। লাঙভ্যা মীশা চাবা, লমহুই শা-পাম্বশিংনা ভীম মথৌরাংজগী শারেন শামৌননা চাঙমদরে। মতৌ অমুম ওইববু বৃষকেতু অকনবনা চেংলৌ মিৎ-থিৎলথগী য়াবা খোঙ্গেল রাংনা পাউমেল্লকয়ে।

হে পম্মৌ ইশাতোন ! ভীম অকনব-ও ! লানশোক থয়া থোইনা তৌমলে। নিঙতে হলবাই য়েংমন্দে। বৃষকেতু এন্নং চীংঙ্ মমাঙ

লংলেংবদ কোকোয় নাপল-রাং লানফম রাশক-চাউনা শকচবকয়ে। বৃষসেন লানফম হৎল্লকপা ঐগীদমকপু খাকপিদনা লানশোক অমুং ওাল্লিবা অসিবু লমচৎ নহোশাল্লা হায়না পাউমেনবু নাত্তাবকা বুকদর অথোবনা পাউথুল্লকরে

হে বৃষসেন অকবব ও। কামদেব মখিল্লকপগা নবিত্তাদি পুংতাই মরাত বায়ন্তুম ফমফম-ও! হয়েল লানশোরবগী বুখৈ মুংতাইবু চেংলো নমিং পেল্লা য়েংও। পঙ্খো নপাত্তোন ঐবু নৈবিতৈদা হকশাং নথোক্লকপা নবিত্ত দি অল্লা হকচোক লাংনা কবিনী য়াউহৈনগে হায়বগো? অসুম পাউমেল্লবগা ভীম অকুনবদি য়াহ শরাইদে না থবি পুম্না য়েংক ভানশিনখিবত্তগী অনৌবা লাম্নাব চৈথং লেভনা ইনফিং রথগী অদুম হিংচাবশিংদো মাইকৈ চিথেক মরিমাদা উনবি পুকনিং ওক্লা লানফম হকচেল্লখিয়ে। অসুম হয়েল লানবনবু চেংলো মিংখিৎলবগী নিংথো হিংচাবদি কল্লাউ মৈনা হোন কোৎনৌ নোংশীংজংশুমা তেনবি মক্তব। য়ায়রা তেনথুং-মাবু লীরী থখোই-তিং লীচিং নাকোং-ফং কল্লাউ মত্তোল্লোম্না কাপখিববু ভীমসেন অকনবগী থমোই অখিবদা থাকিবগী মিপাঙ কোক য়ি-কা মালেম লৈদ-ওল্লা ভুখিয়ে ভীম অকনবন মালেম লৈবা ওল্ল ভুখিবা অত্তবু বৃষসেন অথোবনা চেংলো মিংখিংলবগী বল্লাউ মখৈ লৈতনা অমুশীম থহক-শাংদা য়ায়রা তেনয়াম কাপ্পা শোক্লবে। লানশোক মপাতাখা অনিমানা হয়েল লানশোক্লবদো য়াইথি য়াইক নাইদয়ে। য়ায়রা তেনয়াম পাইবাং ওানা মাইকৈ মথোত্ত উদয়ে। তেনবি কৌতাংকোন শাব জা মচেং মানব য়ায়রা শমকোক-থাত্তকুবা তেংনৌ নাইন-শ্রাবা য়ায়রা তেনয়াম্নক অসিদা চাংশোন থংনং টা। থানৌ মুংখিং-টা অপাকপা লম্বু থুংশিং টা। অথোবা পুংশু মরম য়াবা অগি খৈথিকপু য়ায়র মশেন কাপথেক্লা চিনমেম মশেন হাংথেক্লবগী পুংশু মরোল য়াবা অত্তশিংনা অত্যা নোংলোক্লা হুমিং থোংসেন-লুলী অহিং থাথবত্তওবদে। লানশোক মতৌ য়াবা পুংশু কেৎন-বৈথি অমাদি

নমু মীচিনমাবুনভাইবা লৌশিং ময়োন য়ামদবা কনানা লানশোক মথৈ ফংনা হায়গুমশিবনো ?

অনুশাল হিংচাবনা অনৌবা তেনশি মকুববু য়ায়বা তেনবুমবা কাপথিবনা বৃষকেতু অকনবগী হকশাং কম্বু অথুম্বদা য়ায়য়া তেয়া থারবনী চীংগু, মমাঙ শংশংবদা মচিল ঈংতোং ওনা তুয়রে। কামদেব মথোক্লকপনাস্তুং হুয়েল লানশোক য়াউরু গুমদরবগী চীংগু, গোবিন্দ থোই-থোইবদি কল্লাউমথৈ-ফং লাবকম-থায়দা লাংনা নোংশা মরাইকাবা শাংগুম চঙথিরে। চীংগু মতৌ অশ উবনু উয়গা নিংথৌ হিংচাবনা পাউমেল্লকয়ে

তাউ-ও ! হে দেবহরি মপুরেন-ও ! লাম্বী নঙগী অকনবা ভীম, বৃষাকেতু, প্রদ্যুম্ন অহুম্মার্দ শানশোক ঐন হুমকরে ' চীংগু, গোবিন্দ অথোইবা নঙবুস্নং লানশোক খুনগুম তান্না মঙম্নগে হায়ববু নমু শৈচঙ্খি থৈবিকপ শৌজাল নয়লবুন লানবিবা তনবা নিপালক্লগী পুরুষ মীপা অরিব তাইবং নোংসাপানবু শেম্বিরিবা নোংদম মপুরেন অয়োইবা, তাইবং মপোক—অশি নাইদনা ত্রিভুবন মযোন অহুম্মাদা নিপা লূচিংলেনবু চীংগু বদোম নঙাইবা তাইবং মীওইয়েন চঙথোনববু ওইনা পোক্লবগী থোইমোয় লাই, নম শোং থৈবিকী অন্না পোৎলুম পুবা অকি পূক্লিং চঙবা পুম্মনাবু কোক্লা অক মথোই তোংববু লনকু হৈবা শিশুপাল হিংচাবগা জরাসন্ধ নিংথৌরেনগা অনাদি হিংচাবস্নুং য়াবন নিংথৌ কংসবা কোকাবগুয়া কংশ হিংচাবগা মথোয় মঙামাবু হাৎনা পূকনিং অকি চঙবা থৈবিকপু কোকহল্লবগা মুনি লেংনা তিনবশিংবু মুংঙাই মনিগুজন্না ধ্যান লাইবু নিঙহন্নে চীংগু নংগা মান্নবা থোইমোম কনা অমবু নৈরবনো ? মরম অমুম ওইরবা নঙবু প্রান থবাই হাৎনা শোংমলহন্নগে তৌবদা পূক্লিং বিজিকংবু চিংনা-পোকয়ে। তৌবিগুম য়ায়ম অমুম ওইরবনু হে কৃষ্ণ অথোইবা—ও ! হনুব ...নগী লালহৌথোল অসিদদি উনবি পূক্লিং চেৎনা থাঙকয়ও অমুম পাউমেল্লবগা কল্লাউ মথৈ কংনা য়ায়য়া তেনবুম মঙাকংবু

লীচিং নাকোং ফংনা তেনব্রাইশ্নবদা তেনবি অথোবা মরিদংদা মুলাই মথুনেৎপু পুম্নবা কোবো নোংশাকোন মরিম্নাদা পান্নুবে। ব্রাম্নব্রা তেনসুমমানা শারথি শাথোবগী থমোই শথীবদা থারবগী অনুশান হিংচাবক্তি ব্রাম্নব্রা তেনব্রাইখোন অদুবু চেংলৌ মিথিৎলবগী দেব নরায়ণ অহেনবদি লাশোক মতৌ ওষ্ঠোকপবু তৌরগে শারনা নমু কনা থঙলৌদা চেংলৌ মশক উৎলনা লোৎথিরে। অনুশান হিংচাববু শানথোক কৃষ্ণ থোক্লা শাম্নগে হারবগী লৌশিং মরম্ তৌনা উৎলরে। কৃষ্ণ মতৌ ওষ্ঠোকপা অসিদো নমু কনাগুম্বানা থঙলৌগমদে। অনুশান হিংচাবদি উনবি অঙক চম্না পূক্লিং মুংবং থোক্তরে। চেংলৌ ঐগী ইমাং শংশংবা অসিদা লৈরম্বা হরি লাই মরুদো! চেংলৌ মশক লোৎনা মাঙথিরে মতৌ করিগীদমক্তনো? কন্ত ইবনচৎ পাপ অরুম্বা কর্মবু লৈরবগা তৌশিক্লরিগবনে? চাংঙ্ দামুদর অহেনবনা চেংলৌ মশক লোৎনা মুংঙাইতথিবা অসিবু নিংথৌ ইরৈবাক্তি লেগু কন্তবাবু উরবগী তৌশিক্ল? থৌরম লৈবা খেবিকপু থঙহৈবা লমচৎ মতৌ নত্তবা পূম্নমাবু উহৈবা হরি মপুরেন অতনা গুরু শাগে অতোনবা করবনা ব্রাহ্মণী চনুরাশিংদা পূক্লিং কেনজিন তাম্নুবগী পাপ অকম্বনা ওইরবরা? শারমা পূক্লিং মাংবশিংনা ঋতু ফিশেংদরবীশিংবু লমচৎ মতৌ লাম্নুবগী তৌশিক্লা? অকুমারী চৈরে থোয়দোম্নরিবীশিংদা লোয়না হেংক্লল তিম্নুবগী ওইরবরা? মুর্খ মী-মপঙ অতোনবশিংনা পনথৌ শাংমাবা পলেম পোকমবি অনিমাদ ভক্তি থৌগল থোয়রবগী ওইশিক্লা? মু ব্রাবম মতৌ অমত্নং মথাউ মথা ওইবনা মশাথী লাংলেন কোংবাং ব্রাপিহল্লা পূক্লিং হেনজিন লাম্নুরবগী তৌশিকপর? হরি কোলোই মমিংথোংবু শোনঙমদবগী ওইশিক্লা? অনুশান ঐবু চাংঙ্ মশক উৎলনা লোৎথিবা অসিবু কন্তবারম অসিশিংগী মওইরিবৈনে। হাকনা ভক্তি মপুক লৈশিল্লকপবু মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবনা উরণা চেংলৌ মিকুপ মরমদ থঙলোদনা কাচেং নোথাং কুপকুপ মশক পুর্ণ চাংথোকনবা মহাকপু শংশং চেংলৌ মিংথিংহলদে ভক্তি মরমচৎ অমেঙবা অদুনা

মতৌ আমত্ চেংলৌ থিংথিংলবগী নমু পোংওইবা পুন্নমাগী উনবি পূক্নিং ওক্লা শেংডিকি মথৈ লৈতবা ঙাংঙাবুমক্তাইদে। রাঘব অশ্বুব ওইবা মহাক্কী অমুশাদ হিংচাবদি পাক্নগ মরেং তাদরিয়ে। অনৌ-বদুম চুলাই মথুনেংতা তোংথংলবগা শারেন নোংশা থাংনৌবনা খোরয়া নপিরকী লাক্লাই মৌইশায়া হকচাউববু উইগা নোংশা মরাঙ হৌনা জানপিলখিবত্তওববু লানকম-য়ায়দা চঙনা চেংশিনখিববু বৃষসেন অকনবগী লাঙ্গী পুন্নমানা চেংলৌ মিংথিংলবদা তীর্থ ইমিক্রাইব কংলবগা পাপ মরুমনা মনোম মাঙখিবগুম মাইকৈ চিথেক মরিমদা মদোম মদোম লানকম হকচেন্নখিরে। চৈংঙ নারায়ণ খোইখোইব-মক্তংসুং রায়য়া তেনবুম অহুংদনা থায়বগা "হে নারায়ণ অথোইব-ও! অন্নুম হিংচাবা ঐখোয়গী শাগৈ লেংনা তিনবা পুন্নমাবু মাঙহল্লিবা নত্তব্ রায়য়া ঐগী তেনবাইখোনবু উনবী পূক্নিং চেংনা থাঙজঙবঙ" হায়না পাউখেন্নবগা অমুশান মথূংশু র য়ম্বা তেনবুম লিশিংদংনা চৌংঙ থম্মোই মরাইরেন্দা থায়বগী তেনবাল অনাখোল সুংঙাইওবা অত্তবু দারুক শাথৌবনা চেংলৌ মিংথিংলবদা পদার্থর মপুন্নেনবু সনা চুলাইথক্তা হাপ্ন রুক্মিণী অহেনবা নচিংলিবী লৈমা লেংনা তিন-থিরক্কবু তারা পুশিনখিরে। অসুম পুশিনখিববু নমু পোংওইবা থৈবিক্লা উনবি পূকনিং ওক্লা য়েংনরে। মতৌ করিগীদমকনৌ? হায়না পূকনিং সুংবং চঙনা শোনমোইনৈরে। ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেলনচিংনা মশাগৈ ভীম অকনবা, অর্জ্জুন তেনহৈবা, সহদেব য়াইমবা, নকুল অতোনবা শানৌ মচিন মনাউ মঙামাসুং পূকানং সুংঙাহত্তবু অনৌ খোইথৌরে।

কুন্তি, দ্রৌপদী অনিমাদচিংলিবী কৌরব থাংতা নিংতো-বি থৈবিক্লসুং সুংবং মথৈ লৈতনা থমরে। শ্রীরুক্মিণী অহেনবি সত্য-ভামা নিঙথিবী জম্ববতি লৌশিংবীগা লৈমা লিশিং তরাতরুকমাসুং শ্রীদেবকী যশোদা অনিমাসুং যাদব থাংতা নিংতোনবী পুন্নমাসুং য়ায়া মোক্লেল্-য়াং মিপাই নোংদা কানা মাকপরে। লৈমা লেংনা তিনথানথদো খোগল মাঙক ওকপবু তৌনা লেবা মোহথোমরে।

লৈমা মনা অমনা-কাণ্ডহাই মরেং হুয়েন। গেপী কুমা পম্না মাইজা ইরিক্লাই স্ফুচৌকুপর থীজা হুম্যাং লৈম্বিক নপুখোকয়ে! মগু মাগী খোগল প্রতিক খোকপর ত নকংলবদা দেব ভগবান অখোইবাদি লৌশিং মরেক খোক্না নিংশিং পুকনিং খে হুরক্তে। চৌংগু মতিক অকবা মায় মরমচং স্ব'সব নম্র ক গুম্বনা শানগুঙ্গ কুমগবনো? নিংখৌ অনুশান কৌব অত্তব অসুর হিংচাবর ওইাবগুম পুকনিং জাক্কে-চেনবগীদমকপ ঈশ্বর মপুন্নেম্না হুয়েল মাগা লানশোক্কবদা লিলা কুমে খোক্না শুম্বব মালেয়ে হায়দবর?

মায়ম মতৌ অমসুং অনুশান হিংচাবগী মতৌ ওস্থোকপর হায়কহিকক্কে। চৌংগু মপামচসুং ভীম বৃষকেতু অনিম বুসুং হুয়েল লানশোক ভুমবনিগীনা লানশোক অবা পোখ্রি রিভৈ কৃষ্ণ সনা মখোঙ্গ শাদা সত্যভামা লৌশিংবীনা য়াথং পাউবৈ চেম্না হাকৎচৈয়ে।

হে, ইবুংঙো! থরাই অপকৃমাগী নিরমণি লৌকওনখোকপু ওইরিব-ও। প্রদ্যাম্ন অকনবদি হুয়েল লানশোক ভুমদে হায়বগী ইকাই মায়খিয়াব-পি পাঙ্গল মীথো-নদনা পাউমেনবা মস্তবরা? চৌংগু নঙদি করিগী হুয়েল লানশোক্কম্ব নমদা হুমা চেম্রুবনো? হে প্রাননাথ অরোইবা নঙব। ভাইবুং নোংশাপাল পুম্নমানা পাঙ্গল মপাত্মাখা খৈবুক্তগী পণ্ডিত মীওই চঙখোনবনে হায়না পাউমেন্নবদি নত্তিক অরেম্বা পাঙ্গল অত্তিংঙবু ওইহল্লে। সত্যভামা য়াথং মপাউমেন অসিব নাত্তাববদা লেম্বরি অখোইবদি ভাঙ্জা ইকাইরবগী অনুশান হিংচাবর প্রান থরাই হাংলবগে হায়না কপ্পাউ মখে লেতনা হুয়েল লানশোকম্ব ভাম্না চত্থবরবদা বৃষকেত অকনবনা পাউমেনঙমদে।

হে খোইরোম লাইমরু ও। বৃষকেত ঐব পাঙ্গল ইরেং ভাম্বিবে। চৌংগু নঙদি ভংঙাই মরাং কায়না লানশোক এপা কুম্রে মুংঙাহবদুম য়েংবও হায়না মাকুৎচরবদা দেবহারি অখোইবনা পাউমেন্নকয়ে।

হে বৃষকেতু অকনবু-ও! নঙগী পাঙ্গল ন্যত্তক খঙলে। পন্থৌ লপান্জপ লাশ্বহেবসুং লানকম মেশা লাংগুবদা খোঙ্গ লেঙদবা নংঙমদে।

পায়েল মর তুরবা উগুম; লানকম মমায় ওয়মদবু, অহুমী য়পারিন্নি-মীনা তেঙ্গোল শোক্লকমদা হয়া হয়া য়াম্বুরবনু লানকম নমায় ওয়ক্কে। চাংঙ, এনাচ'না তাম, কামদেব এখোয় অলম্মাদ লানকম নমদা হয়া য়াম্নেয়ে। তনব মীওই চঙখোনবা কৌবাদি বৃষকেতু নখোম্মাব নঙাইয়ে। হন্দক হুয়েন লানশোক মোং আসম্না অস্থর হিংচাবব য়েংদনা লানশোক নবাচাবু ওইনা ওমজ্জয়ক-ও! অমুম পাণ্ডবেম্নয়ো বৃষসেন পাঙ্গনবাদ অনৌবা শমু মহুকশাংবু অনু ওবগুম পাঙ্গল ময়াই কানা'লহান ঐন' লানফম নাপন বাংনা শক্লকপম্নং কায়কয়োই লায়বগী কঙাউ মখৈ ফং পুকচেল মতৌলোম্না য়ায়য় তেনবুম চুরেং-তংবু সন্ধান পান্দম য়েংনা কাপ্লুয়ে। অস্থর হিংচাবাশংগী লুম্নাই কোইয়েম্হুক্কা নম্না নম্ন য়ায়য়া নোংজুনহল্লে। মাঙগী পাঙ্গল মতিকপু শক্লক তম্না থোহনা য়ায়য়া তেনবাং কুণ্ডলবগী হুলাই মখুনেৎস্নং লৌচল শীকায়ক্কা তোংচে কায়নো থয়ানাপচাক পাহগুম্না চেংলো মিংথোঙ থিংলে। হুয়েল ল'ন্দান চৈয়ৎতা নোংশা লাদাউথোনগুম য়ায়া থোয়েল য়াংনা য়ায়য়া তেনয়াম কাপ্লবগী ইঙা নোংজু মানগুম্নে। লোইদাম থাজ-মচেৎ শাবা তেনবি অথোবা মায়দংমা কোয়ো নোংশাকোন ময়িমাবু তুপখৎলে। ঘয়শান্ থেংথেং-শাবা অমদা লাজোই শাথোবগী থম্মে ই অঁথিকমদা থারুয়বগী নমু মাওহবা খোবক্কা বৃষকেতু কৌবা অসিদি পুম্নং অচৌ মৈগুময়ে। পাঙ্গল কনাগী মায়দে হায়না পাঙ্গল মতিক থাগৎনয়বদা নিংথৌ অগ্নশান কৌবা অহুদি য়ায়য়া তেনবালথোন আনাবনা অয়া মখৈ ফংলবদা ভগবন্ত ঈশ্বর মপুয়েন অথোইবগী সনা মখোঙ-থা পাদ-পদ্ম লৈওমখোক মিত্তবিথবু মঙ্গী তীনফংলবগীদমক অশাউ পুক্লিং তেম্না লাইজ-ইবিক্লাইগুম ভক-শিনয়বদা হুলাই মখুনেতগী মালেম লম্‌দা কুম শমু মখুং লৌমা চাংঙ। সনা মখোঙ-থাদা য়াথং লৈশি থোইনা হায়জখিয়ে।

হে ইবুংঙো মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবক-ও। অগ্নশান হিংচাবা লৌনা থোইদোম সনা মখোঙ-থাদা থৌয়ম মরু ফংনা লওজখিবা অসিবু

ইরিক্লাইনস্নুং চোত্তবা মতম নৈবা খিবিক্তা মায়থি নয়েং তাবস্নুং নৈতবা হে বিশ্বনাথ অয়োইবা পূণ্যপূর্ণ চঙ্খোনব-ও। কোলোয় নামথোংবু মতম পুংজা নাইদনা শোঞ্জরবশিংদি মায়া ইরেনপুং লান-ঙমদবা মহাকপু অবা ইশৌ লাংদনা ল'য়থিয়ে" হায়না–পাণ্ডমেবা ভক্তি ময়মচৎ অত্তবু চেংলৌ মিৎখিৎলবগী খোইমোমসনা মহকশাং পানবোম মরি পানবনা শঙ্খ, চক্র. গদা. পদ্ম থূৎশূ মরিবু শ্‌না, মমাঙ্ শংশংবদা ছুৎপিরবগী হরি মপুরেন অদুদা তুলশি মাগী উমং-লেম্নগী অমৃত অথূবনাচিংলিবা পোৎলম পুম্নমাবু শুনা চৌংঙ্ সনা মখোঙ খাদা কৎচক্লরবগা ধর্ম্ম নিংথৌরেন, ভীম, অর্জ্জুন, সহদেব, নকুল মাখোয় মঙামানস্নু থৌজাল য়োইথোম্নমা কোয়রে। রারম অসি মতুংদা অনুশান নিংথৌ পাঙ্গনবনা মদোম পাণ্ডমেল্লকয়ে।

নিংথৌ ঐদি অর্জ্জুন ভেলহৈবগা ভাইয়োইননা মহাযজ্ঞ অথোইববু ভৌননবা য়ায়া লনয়াম লৌবদা চৎমম্নগে হায়না পাউমেম্নরিঙৈদা য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবদি সুমিৎ থোঙলেন থমখিরে। পাণ্ডব মচিন মনও মঙামাদো খূভম ভমথিবা খৈবিক্তা ঈশ্বর মথৌজানগী য়াইফ মায়পাক-বা মশেনবু মফংলুয়ে। দেব দামুদর থোইখোইবস্নুং সনা য়োইকোনমুংদা য়াচংখিরে।

শ্রীদেবকী, যশোদা, আত্তর, রুহিনী, সত্যভামা, সুলক্ষ্যনা, রুক্মিনী অসিশিংনচিংলিবী নৈমা লিশিং ভরাভরুকমাস্নুং মুনি লাইবু নিঙ্বদা য়োইনা থৌগল্লিবী ব্রাহ্মনী চনুরাদগী অনুশায়া, অরুন্ধতি বামন চনুরা পুম্নমাস্নুং কৃষ্ণ সনা মখোঙ-খাদা থৌজাল মাইয়োক্লনা য়োইনা থৌগল ভোয়নরে। রারম অসি মতুংদা ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেম্না পায়মা মপুক-সুংদা নিঙখনখিয়ে।

ব্যাস মহামুনিরেম্না হিমালয় উনগী চৌংদা য়াবা 'লনমরুবু' য়াঙ্না লৌরুও হায়না পাউমেল্লহনে। লাঙ্গোই শগোল থানা যজ্ঞ মঙম নোংদি কোয়ৌ সুমিৎ কুম্নিবু নঙাইশিলক্লে।

"হে অর্জ্জুন তেলহৈব-ও। কৃষ্ণকেতু, অনুশান অনিমাবু চাই-য়োইনবা লাম্মী লেংনা তিনবা খৈবিক্কা হিমালয় উনগী চৌংবু য়াঙ্না তানখিয়ো" হায়না নিংথৌ কোলোয় মমাথংবু নাত্তারবদা পাজল মপা-তাম্বা অহম্মাদি শ্রীহরি মপুরেনগা ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেনগা অনিমাবু য়োইনা পুরুম্লমবগা খুংশু মথৌ-হেন তেঙ্গোল মপৈ-যাম যাংলেন পূংয়াম রৈ, পেরে মনিমাই চুলাই রথ তোংনা কোরো নোংলাউ-খোনগুম চৎখিরে। লাম্মী মরাঙ হৌনা হিমালয় পললংলাবু য়োরবদা উনবি চৈরৎ লৈতনা চঙ্খিববু সনা মৈখাঙকোনগী চৌংথম মপৈ য়াম্না লৈঙম্বু চেংলৌ মিৎখিৎলূরবগী হরাউ মখৈ লৈতনা শংগোল শায় শামী লাম্মী পুয়মাগী সনা মপোৎ মপোৎ শেমলে। লনগৈ লখা কোটি কোটি ভিল্লবা কয়রেন মরিফু তরাগী লনয়াম মতিক ওইনা পূরক্লে। চোয়নৌ সনা চৌংমাঙনবু য়োকনা পুরুম্লমবগা অর্জ্জুন তেলহৈবসুং লাম্মী মঙাইরোইশিংগা সনা লনয়াম পুনা বাইথূংলরবগী জয় মহামুনিয়েম্না পাউমেনখিয়ে পঞ্চ পাণ্ডব মঙামা অসিগী চৌংঙ্ লাইবক ফবা অসিগুম্ববু, তাইবং নোংশাপান্দা লৈখোক্তে। মতৌ করম্বনো ওস্থোকয়ে। ব্যাস মুনি মথৌজানগী সনা লনমরু অথোইববু মুংঙাই মনিঙ থূংনা তানফংলকয়ে। য়াবা লনয়াম পুরকপা অদুবু ধর্ম্ম নিংথৌ-রেম্না উরবগী পুক্লিং হরাউথোইনা মুংঙাইরে হায়দবরা?

মহাভারত অথোইবা অসিগী বারম মুংঙাইবা অসিবু পায়মা পুক্লিং চেৎনা নাত্তারবগা পুন্থ মহয় অথোইববু ভানফংয়ে। ফল্গি ফংজ-ঙমদবা মহাকপু ফংজৈয়ে। শক্তিবরসেন কৌবগী মপারী গঙ্গাদাসসেন লৌশিংবনা নমু মীরোল ওইনা লেংথোক্লম্বা ভারত বারী মুংঙাইবা অসিবু থকশি মীতিনলেন ইয়েং পুথাংশমগী চৎথরকপা খঙ্লাং পাথাং-কোক খোইমোম লাইওইনবশিংগী হৈনা মতু ইঙ্গয়োবা শ্রীপ্রশুরাম লুয়োং মালং অহোঙব-চানা চৌংঙ্ নোংদমখোনবু হেনক্লদবগী অপাম লমরাইতাম্ চৎফংদা খোইমোম লাইবু নিঙবা মপোক লাংওন্

চাউবশিংগী পূয়া লৈখোংখাদা খণ্ কংদা, মহা সংকীর্ত্তন অথোইবগী কুইনা
সুংঙাইববু য়েংকংদা, তাইবং নোংখাপানগী নিঙথি সুংঙাই পূয়বাবু চেং-
লৌ মিৎ কায় থম্না উথঙবরবগী পায়মা মাগী উনকোইনুংদা নিঙজরকপা
লৌশিং ইরিক্লাইগুম খঙ্গরকপগী শংলৌ মথোয়াংনা শৈংশম্বা ভারত
য়ারী সুংঙাইবা মহা পাপচু কোক্লশৈ অসিনা গুরু বৈষ্ণব মখোঙ-খাদা
য়োইনা থৌপময়রুবনা ভক্তি ইথোগনবু ওইজগে। হয়েং পোইরৈ
চাদোয়া বাংঙম শূদোয়া সুংঙাই মাঙদা থানা শরুগুনো হকশাং রাইওং
চাদবা সুংঙাই ইনিঙ্ থুংদনা পাপ অরাম পক্লিবা অসিবু লাইরিক
মাঙদা ফম্না নাভারিবা খৈবিকী দয়া মথৌজায়া কোকপিগুনো হায়না
সেবক মপারী অভিমন্যু, চিয়োমচা, নবশ্যাম ওইনামচা, গঙ্গাচরণ
রাইয়োকপা মাখোয় অহুম্মাদা লাইরিক পন্দোল পোয়া অশৈ পম্বাং-
ফম্বু য়েনবা ভক্তি য়াথং অনেম্বনা শংলৌ থৌরাং-ও হায়না পাউমেন্ বা
মহা পণ্ডিত অথোইবশিংগী পাউভাক, চীংশাং খোইরেন-হী অথুম্বদা
ভৃঙ্গ খোইমু লৈপাম্ববু ওইরিবা ঘনশ্যাম থোকচোম চা লৌশিং মতম্লক-
পনা বাঙলা লোনৈবদগী পোইরৈ মীয়োল ওইনা হন্দোকপা য়েদিংঙু
চীংখাং থৌদাইরেম বাঙম তেংথাশঙদগী অভিরাম য়াইরম চা, হরি-
চরণ খাংয়েনবা, মদন বিদামচা রারী পরেং হুক্না শৈওং নাতৈ হৈন্ত-
রিবা অহুম্মানা তেংথা লিওং খন্না শেমজরকপা চন্দ্রশ্যাম লুরোংজাম্বা
দয়ারাম কোঙ্গেংবা শীংহুম নিঙগোম্-য়েক কোলোম নারিন-শোমবু
তমজরকপা অনিমানা চূপলেন না-বু-য়ুং উনবি শেনলোং নীক্তনা য়েকৃক-
শৈ অশ্বমেধ রারী সুংঙাইবা অসিবু প্রশুরাম লুরোংজাম্বা মানলৈ
চিন্ ওলক্রবা খোইয়োম লাই রারী অচেংপবু পায়না পূক্লিং চোইদনা
লাংপামজরকপা ময়াথংগী লৌশিং মচাক কৌবা ( রাংপা ) উনবি
লৈখন্ লল্লিবা ইখোয়না শৈশেম ইভিক ওইদা তেংথা পরেং হুক্তনা
লেংজথিবা অসিদো থাঙয়ি কৌগাক-চাক অকনবনা চাক্লাম অকাইবদা
য়াইবি থরাই ঙাক্লা লাংহৈ কুমশিং হেয়ব গুম পামেন লেপকং-উ তলা
উয়াই শিয়বশিংবু শীঙবী তংখাই-লোনা নমু মীয়াম চাবগী তরা

চাখোং লেম্নবগুম খোইমোম সনা মখোঙ্ খাদা খান্লিবগী থাউমেন কম্থন্বু মুশীক উচিমানা হুনজরুবদা উচি চিনকোইভোম্না দেহি মম্নাঙ্ খৎপদ্ম থোকল্লুরবগী থাউবৈ মঙান চাউনা খোইমোম সনা মখোঙ-খাদা সুংঙাই মহম্ থোকলুবগুম থাঙম্নি ফৌগাক-চাক পামেল লেপকং-উ উচি থাউহু শা অহুম্মাগী লৈরাং মতম মানগুম্বা ইখোম্নবু রান্নী থোইজিন-ম্নাম ম্নাথং থোইম্না শম্বগী লঙ্জ মরোল ম্নাম্ববু লো· বিদনা ভারত রান্নীশৈ মহা পাপচু কোরুরানে হাম্নবা-ভা সাধুজন চৌংঙ্ লাইবককবা মীওই লাংওন চাউবশিং-ও! নখোম্ননা ক্ষেমা-দয়া-তৌ নচিন হরি শোন্না নাতাবিম্নো ॥৩॥

---

## ৫ শুবা অধ্যায়

## (যজ্ঞ আরম্ভ)

রারম অসি মতুংগী রারম সুংঙাইবা অমবু ঈশ্বর মপুরেনবু ভাঙজা লুদা থোংনা লেংজরকে।

অসাইচৈগী ম্নারা লনম্নাম লৌরুরবা মতুংদা বসন্ত শিংলেন লৈপাম্মাগী ঋতু মেম্নিং হুল্লকপা লোইদাম রাকচিং-থাগী পূর্ণিমা ম্নারা থানিন নোংদা ইষ্ট মিত্র বন্ধুবর্গ লোম্ন্ন-চাম্ন পুন্নমাবু লেংন-ভিন চৌংঙ্ সনা মম্নাখংবু লোনা আশিপত্র চাকহেন অরুববু হোগৎলে। যজ্ঞ মণ্ডম শাসুং লৌরুরবগা কুমকুম চন্দন লৈসুংশিবু লাঙ্গোই মহক-শাংদা শাগোল পুন্না তম্নরে। লৈ চন্দন ধূপ থাউমৈ হম্নরুক পাম্না চেঙ্ খোইদিং চুহি খোইহি পঞ্চামৃত পোৎলম পুন্নমাবু ম্নাউনা লাঙ্গোই ইড়াৎলবগা প্রতিজ্ঞা রাশক অরেপ্পগী অকর মমেক অরুবসুং সনা মপাক নিঙখিবদা ইনা লাঙ্গোই মম্নাইবক্তা ভোপশিম্নে। রাংলেন পুংখিং ম্নাম্বা খৈবিকপূ পুংলেন মনিম্নাইনা নৃতক চুগোই শারে। কীর্ত্তন অশৈ মম্নাং-হো ব্রাহ্মণ লেংনা ভিনবমা বেদ লাইরিক-খীনা জয় ধ্বনি মিংলেন শোন্না ম্নাইক খোঙ্গেল থোকলে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্ন-ভিন

ভাইবং মোংশা-পানগী নিংথৌ লৈকোয়রুপ্পা খৈবিকস্মুং য়াউনা কুমৈ মতৌ হৌগৎলে। বারম অস্তুম ওইরিবৈদা ধর্ম্ম নিংথৌমেন্না মশানৌ ধনঞ্জয় পানগনববু মাঙদা থানা পাউকৌশিল্লবগা লৈহাউ পরেং লীকপু থবাক লেংয়ান্ লমদা শিবিরবগা আশীর্ব্বাদ য়াথং অকববু পীনা "ইশা-নৌ হে অর্জ্জুন তেলহৈব-ও! কোরৌ নোংশাকোনবু ভাক্ল্বদা খৌরম চেৎনা তৌহৈঙনে। লাঙহৈ কুমশিংমা অসিদা পুক্লিং লাইরেক চনগুনো। খৌরম কায়্হল লৈতনা হলবাইরক-ও। গাণ্ডিব লীক্লং নথুংশুবু পায়্না লাম্মী লেংনাতিনবা খৈবিকপুস্মুং ভাইরোইননা চৎথি ও! পান্দম মপা-নববু লৈতবা বৃষকেতু অকনবস্মুং লোয়নথিয়ো। চৌংঙ্ বাসুদেব মখোজানগী অর্জ্জুন নঙনা তৌঙমদববু পুম্না লৈতবা অঙনে। অর্জ্জুন নহৌশাগীস্মুং থুংকন পাঙ্গল খৈবিকপু নতিক পান্দম লৈতবা অঙনে। কোরৌ নোংশাকোনবু য়ৈথাই মতৌ লৈহন্দ য়াইক ময়াং কায়না হলবাইরক-ও! হায়না পাউমেনববু নাতায়বদা পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈ-বদি ঈশ্বর মপুরেনবু মালেম লয়দা পক্না পুরুম্নে। কুন্তি গন্ধারী অনি-মানচিংলিবী পলেম মমাতোন পুম্নমাবুস্মুং শ্রীদৈবকী যশোদা রুক্মিনী অহুম্মানাচিংলিবী যাদব চনুরা চেংলৌ শকোয় হেনবী থৈবিকপুস্মুং য়োইনা পুরুম্বদা কুন্তি পায়মা লৌশিং থোইবীনা পাউমেনঙমরে।

হে পার্থ অর্জ্জুন অকনব-ও! নঙ্না লাদোই শগোল ভাক্লগে হায়রিবা অসিবু খৌরম অরূবা মহাক্নে। পুক্লিং লাইরেক চনকয়োই। লাম্মী নঙাইরোই হৈনা নতুংথাংবু কনা কনানো? হুলাই লেংদম তোংবস্মুং কয়ম্বনো? অসুম পাউমেনঙম্ববু নাতায়বদা অর্জ্জুন তেল-হৈবনা পাউথুমজখিয়ে।

হোই, হে পলেম ইমা পোকমাবী-ও! নপারী ঐগা হুয়েল লায়োইনরীবদি পাঙ্গল মপা লৈতবা মশেনবু মশীঙ লাকঙমদনা ভাই-য়োইনরিয়ে। হরি মপুরেমস্মুং মপারী প্রত্যুম্ন অকনবনচিংনা সাত্যকী কীর্ত্তব্রহ্মা অনিমাস্মুং যাদব লানজিংলেন খৈবিকা লাম্মী অথোনিচা হেম্না পুম্নমাবু শমু ইথুংপাক্তা শিমরে। বারম মতৌ অমস্মুং শ্রীকৃষ্ণ

লাইরিংথৌনা থায়না লহাননোংগী য়াথং মপাউমেনবু পলেম নঙনা নাত্তাবা নত্তবরা? অর্জ্জুন ভেলহৈববু হেন্না চৌংঙু ঐগী লমলোই সুং-চান থোইববু অমা তৈনা নৈতরে। মফম নৈবা থৈবিক্তা থোইমোন ঐনা উনবি পুক্লিং চেৎনা ময়োকতৈনে। তাইবং নমু পোংওইবা পুম্মমাক্তং চৌংঙু টহকশাংগুম্বনে হায়না কৃষ্ণ কোলোয় ময়াথংবু মরৈ-রিবা অড্ডবু পলেম নঙনা মথঙলিয়ে। বৃষকেতু অকনবা অমুশান অথৌবা যৌবনাশ নিংথৌরেন সুবেগ যুবরাজ মথোক্রকপা মাখোয় অসি থৈবিকপু লোয়নরিবা অসিদা ঈশ্বর মপুরেম্না পাঙ্গল হকশাং তেংবাং মহৌশাবু কৈরিবা অসিদা পাঙ্গল কনাবু শোঙকিহিকসিবনো? পলেম নঙবু নংঙাই মরাং কায়নডুম চৌংঙু সনা মথোঙ-খাদা য়োইনা থৌখন-ঙমও হায়না পাউমেনববু নাতায়বদা কুন্তি অহেনবীনা অনৌবা পাউ-মেন্নকয়ে।

হে অর্জ্জুন অথৌব-ও! পঙ্গৌ মপা শাৎমাবনা অঙাং নাবা ওইনা হুল্লাল্লবা বৃষকেতু অকনবা অসিবু লান্মী পুম্মারক্তগী পলেম নমা ঐনা পুক্লিং থাজ থোইনা নিঙখনয়ে; মাংলৌ লমখাঙ-মাদা অমা হকচোক লাংবা সুংশি খুদোংথিবা থৈবিকপু লামংহনগুনো হায়না য়াথং য়াইক-রাবু অসুম পাওমেন্নবদা "হোই হে পলেম ইমা অচুম্বি ও। য়াথং নরনকু অসিনা য়াইক মহয় পানববু লেপ্পা ওইরগনো হায়না পলেম মমাপোক-মাবীবু য়োইনা পুরম্মরগা মপান য়াথোক্রক্লবদা কৃষ্ণ লাইমিংথৌনা ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা অনিমাবু খুরুম য়োইথোক্লরবদা চেংলৌ মিকুপ-খন য়াইক মতম য়েংনা যাত্রা থোঙশানথিরে। লান্মী মরেং-শা অথৌ লিচা হেপ্পা মশেনবু মশীঙ লাকওমদনা ঙাইয়োইনৈরে। চুলাই লেংদর তোংবা মশেম্নবু কোটি মপা য়াম্না সুশরি মুশরি কৌবা অনিমানচিংনা দুন্দভি-পুংয়াম-রৈ বেণু মনিমাই বিনা খুৎথং-তোয় বাশি থোঙেম সুংনৌথোক মুরলি মাইবাংথোং মোইবুং থিনকাম্না লাংবন তৌত্রি-য়োং পেরে শিঙ্গা মনিমাই থোপথি বাকতোং মরাঙ-হৌ দগর নগর পুংয়াম-রৈ ধুলোক দলোক থোজেলচাউ শেনবুং মনিমাই কর্তাল তরেৎ শেনখিংথোই

মৃদঙ্গ য়াংলেন পুংথং তোয়্না খোঙশান্নে। কুমারী মথোল্লকপি শগ্নাং থমচেৎ শাগ্নিবীশিংনা তাঙ্তিং হৈনোনাবা য়েৎপবু পুলাং লূদা খোং দেহতি বৈবুল খুত্তা-পায়্ন তন্না চেঙ মচং ভিল থোইদিং য়াউনা কবোক কাম্বা চাইয়বগা য়াইকা জুগার খোংলে। ভাত অশৈ শকপনা অশৈ মুংওন শকলে। নোং খোঙলৈ নৌবশিংনা নৃত্তক চুগোই শারে। য়াইক মতৌ চঙখোনবদা চীংঙ্ গদাধর মপুন্নেনস্থং বিজয় চক্র ওইননবা থৌজাল মিৎয়েং অথুম্বনা লাম্মী মীয়াম থুংনা য়েংবি-রবগা শ্রীপকৃপ মথুৎতোন চমপক লৈহাউ মানবা মহারা যজ্ঞ মণ্ডম-শা কোয়ৌ নোংশাকোনবু থাদোক্লে। থৌরম য়াইকা খোংশানথৌ অসিবু উয়বগী কোয়ৌ নোংমদোন্দস্থং গন্ধর্ব্ব অশৈ শকপনা অশৈ মভা থিরে। বিদ্যাধরী চুগোই শাবীনা শমূ খুৎথেক নৌরে। চীংঙ্ নোংথৌ সরায়েন্ন-চিংনা, খোইমোম লাই পুন্নমানা লৈরিক নোংজুনহন্নে। থৌরম অসূম ওইনা কোয়ৌ নোংশাকোনস্থং মাইকৈ হাউরৈ থানা পাংবরম চৎখিরে। পার্থ অর্জ্জুন কেলৈবনচিংনা লাম্মী অথৌ-লিচা হেপ্প পুন্নমাস্থং লাজোই মথৈ য়ায়বা ইনখিরে। বৃষকেতু অথৌবদি মশানৌ ভদ্রাবতি চেংলৌ শককোয় হেনমীদা পাউমেল্লম্ ইয়ে।

হে প্রানপ্রিয়া চায়বি-ও! নশাবী ঐদি পম্পৌ ইপাতোন অর্জ্জ্ুন তেলহৈববু ঙাইয়োষ্টননা লাঙ্গোই শগোল ঙাকমম-ও হায়রে। শানৌ নঙদি কুন্তি গন্ধারী সুভদ্রা দ্রৌপদি মরিমানচিংনা কুরু শাগৈরেনগী পলেম নমা মবেল-ঙাই পুন্নমাদা উনবি পুকনিং চেৎনা য়োইন-থৌথল-ঙম্ও হায়রবদা ভদ্রাবতি মশানৌনা "হে প্রাননাথ অয়োইব-ও! ইমান অর্জ্জুন তেলহৈবগা ঙাইয়োইনবদা পুক্নিং লাইরেক চনকয়োই। থোয়মা নমায় ওয়ে হায়ববু নাত্তারবদি ইমান ইনু মাঙ্দা ইকাই কুমজিং য়াইমু থোকপবু লাম্নংঙৌনে। বারম অসি মেপ্লবদা বৃষসেন অকনবদি পুক্নিং চয়াউথোইনা ইন্দানখিরে।

অর্জ্জুন মৌশিংবদি মাইকৈ থানা পাংবরমদা কোয়ৌ নোংশা-কোনগী লাজোই মতুং-ইন লাম্মী মীয়াম পুনা চৎখিরে। য়াবা থোজেলয়াং

নোংশা লালাউ-ভম পুং পেরে মনিম্নাইনা চৎখিরে। যজ্ঞ মচম শা অদুসুং শগোল লীথারবনিগীনা লাজোই মনিঙ-ভম লৈরাই চাংজো ইমা লমদম কয়া মরম্নু চৎখিরবদা মহেশ্বরপুর হায়না কৌবা খুঙ্গং সুঙাই থোইবা অমদা ফাউরুরে। গ্রাম খুঙ্গং মহাক্তি নর্ম্মদা তুরেল লাইজা ইরিক্লাইগী লৈরাই চাংজোথক্তা সুংঙাই মনিম্নাইনা খুন্দাইরে। খুঙ্গং মনিঙ্‌থিসুং রারম হায়হৌঙাইবু লৈতরে। চাংঙু নোংথো সরারেনগী অমরাপুর সুংঙাইবগী সুংঙাই মতম মানগুমরে। থারন লহায়োংদি কাত্তিকাবিধার্জুন পানবোম চান্মা পানবনা নিংথৌ লৈমাববু ওইরমরে। হৌজিক মতম অসিদদি ধারা মাঙোন্দগী শমথরকপা কো-লোর মমিংথোংবু নিলধবজ হায়না কৌবা অমনা লৈবাক থুন-নিংথৌবু ওইনা লৈঙমরে। পাঙ্গল থোইনা মপা তামরে। লাঙ্গোই মচুম তাবা শাগুম্রে। নিংথৌ মথোক্লকপা অদুনা নর্ম্মদা লৈরাই চাংজো মপান্দা শিংলেন ওইনম্বগী উদ্যান উমং মাবু শানশেমরে। শিংলেন লৈ উমং অছুদি উন্থম অচৌকপা কানবি অশাউ থাবু নাইদনা বসন্ত শিংলেন লৈপাম্থাগুম মশাংরে। লোইদাম থাবুম খুদিংবু মেম্নিং নানৌ হুলরে। উমং মতিক সুংঙাইববু কনা হায়ঙমশিবনো? নিলধবজ লৈমাবগী নিংথৌ মপারী যুবরাজ সনা রাপিহলদি প্রবীর হায়না কৌরে। পাঙ্গল মপা লৈতে। লৈমা মশানৌ যুবতি মথোক্লকপী মথং লাইওইনবী মশেনবু লিশিং গুনা মোইনা থৌগলনৈরে। উনবি পূক্লিং হুইরে। গুজা লিশিংলক্তগী মঞ্জুরি লৈমরোনগুম্বী অহুমদংনা মোইনা থৌগল লুচিংরে। মরুম লিশিং গুবা মহাক্লা মপারী সুংচানবা মযোম সুংওনবী অমগুবু পোক্তবগী চৈরৈ মকাক্ষোং শিংলেন লৈয়াম-থেৎ চেংলৌ মশক শেম্না বন উমংলেন অদুদা কোরৌ নোংজা খুদিংবু সুংঙাই মথোই তোংনা শামৈরে। মোমনু লেংনা তিনবী ঐখোয়দগী পারী চেংলৌ শক্কোই হেনবা অমত্তংবু পোক্লয়বদি সুংঙাই পূক্লিং পেন্দনা শাম্নরিবা অসিদগী মতিক মতিক থোইনা হয়াউঙৈনে। অসুম নিঙথল্লিঙৈদা কোরৌ নোংশাকোন যজ্ঞ মঙমশানা চঙখিববু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা

উনবি পূক্লিং ঙক্না য়েংনরে। কোৱৌ নোংশাকোন্দো মনা মুনা লাংয়ে। লাঙ্গোই মচু তাম্নং কোরি চুদানৈয়ে। শগোল মথা বাংয়ে পঞ্চরত্তন ময়েক শুনা লাঙ্গোই মশা নোয়খ্রে। ময়াঙ্ নোংশিৎ চৈরোয়নৈয়ে। কুমকুম চন্দন লৈম্নুংশিবু হকশাং পুম্না তৈয়ে। লাঙ্গোই মতৌ অসিবু প্রবীর অকনবনা উৱবগী পায়মা মপুক্নুংদা ওয়া ওয়া নিঙথনখিয়ে। শগোল চুদা-হেনবা অসিবু কোৱৌ নোংমদোন্দগী তারকপরা মালেম লৈথারোন্দগী ফাওরকপরা ? অত্যা লমখাঙ্-মগী থোক্লকপরা ? লাঙ্গোই মতৌ অসিগুম্বদি চেংলৌ মিৎনম্নং উৱক্লে। নাকোং থোঙজাউরেন্দম্নুং তারক্লে হায়না উনবি পূক্লিং ঙক্লা মিৎয়েং শংনা য়েংখিববু শগোল মৱায়-বক্তগী সনা মপাক তোপ্পদা রাশক লাইরিক ইবা অত্তবু উৱবগী শগোল মশোঙ্ পায়না য়াঙ্না ফারুৱবগা লাইরিক ময়েক পানা য়েংলবদা অহঙ্কার নাপল বাংববু লৈঙম্বদি কস্তিনা লপাক ৎংঙাইবদা সনা লৈ-কোয-কম্বা ধর্ম্ম যুধিস্থির কৌববু লৈয়ে। নিংথৌ লৈকোয় ফম্বা অতুনা বংশ শাগৈ হাৎপগী পাপ অরূম্ববু শোঙকিবগী অশিপত্র চাকহেন অরুববু হেয়া যজ্ঞ শগোল থাদোকখিবনে। লাঙ্গোই শগোল ঙাকশদি রায়রা লৌশূ-হৈবা অর্জ্জুন পাঙনবনচিংনা লান্মী মপৈ য়াম্না চৎখিবনে। পাঙ্গল কনাগুম্বশিংনা শুণ নতিক লৈজরবদি শগোল খুত্তা থুম্না ফাজ-ঙমও। পাঙ্গল নতিক লৈতক্লিবদি লোইহা পূরুমপোংকা কোৱৌ নোংশাকোন মহাক্কা য়াংলৌ লমখাঙ্-মাদা ঙাইখমজ্ঞঙম-ও। চৌংঙ্ লাইরিকমুংগী রাহায় অকনববু নাতারবদা প্রবীর যুবরাজ মথোক্লকপদি কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা পাঙ্গল মতিক-কোং লাঙ্গোই অরাক তম শগোল মশোঙ্ পায়না ফারবগা লাঙ্গোই শগোলশঙ্দা কিনা থমহল্লবদা সুজা মরুপ য়াম্না লোয়নঙম্বা খৈবিকম্নং মরান লোনন্নিময়ায়দা চৎহনখিরে। যুবরাজ অহনবা মহাক্তি কঞ্জাউ মৈরা হৌমা নিশধবজ লৈমাবদা কো-লোয় য়াথং নিগে হায়না নিংথৌ য়োইকোন্নুংদা চঙখিরে। মপা রাজা নিংথৌ পাঙনবদা শগোল মনিঙথি লাঙ্গোই মরমচৎ পুম্নমাম্নুং রাশক লাইরিক্নুংগী নাপল রাহায় খৈবিকপুম্নং বারম মতোল লোম্না

খঙজন্নুরবদা নিলধবজ লৈমাবনা হরাউ মথৈ লৈতনা "হে ইপারী ! হকশাং পাঙ্গল থোইব-ও ! কোরৌ নোংশাকোন মহাকপু য়াঙ্না শৌথোক্লু-ও লাঙ্গোই মশক য়েংসে" হায়রবদা প্রবীর অকনবনা শগোল মশোঙ পায়না চিংল্লুরবদা নিংথৌ লৈমাবদি লাঙ্গোই মতৌ উবদা পুক্লিং কৈনা মুন্নবগী রাজা লৈবাক পুন্নমাদা হুয়েল লাংশোক্লরসে হায়না য়াথং পাউপিথোক্লবদা ডুন্দভি পুংজাউ থীন্না লৈবাক পুন্না খোমখৎলে। ফিরোই মতিক মতিক ওকপবু শেৎনা নিংথৌ সনা মথোঙজিন্দা চঙলক্লে। ডুলাই শগোল তোংব হুয়েল লানশোক হৈবশিংসু লৈতেং ফিরোই হোংলবগা খেনলেন মতম খন্না নিলধবজ নিংথোরেন্দি চোয়নৌ সনা লুপা ডুলাই মখুৎনেত্তা তেজ মঙাল নাইনা যাত্রা খোঙশাল্লে। প্রবীর যুবরাজ মথোক্লকপনা লানফম মাঙওইনা চংচেময়ে। মহারথি রথ ডুলাই শগোক তোংমাশেনসু কোটি লক্ষ লক্ষ শুনা নিংথৌ লৈকোয় ফম্বগা লোয়্নজেময়ে। চতুরঙ্গ পোৎলোয় মভান্নাই ডুমা ডমি কোববু রাংলেন পুংয়াম-ময়। মোইবুং শিঙ্গা খোং লান্মী মরাঙ হোনা হুয়েল লানশোকফম্বু য়োরবগা তেঙ্গোল চাউগোই শেন্না ঙাইখমলে। অর্জ্জুন তেলহৈবদি লাঙ্গোই খোঙ্গুল উদরবগী লান্মী মাগা লোয়নরকপা পাঙ্গল মপা তাম্বশিংবু পুন্না তিন্না পাউমেন্নেয়ে। নীলধবজ অকনবনা কোরৌ নোংশাকোনবু পুখিরে। লানশোক মতৌ করম তৌনা শোক্লশিবনো পাউহংলবদা লান্মী মীয়াম তিনবা কনানা পাউথুন্নদরিঙৈদা বৃষকেতু অথৌবনা হান্না পাউখময়ে। হে পন্থৌ ইপাতোন অর্জ্জুন তেলহৈদ-ও ! হুয়েন্স লানশোক অসিগী মৈশা অকন্বাদি পাঙ্গল ইরাচাবু ওইজগে।

কোরৌ নোংশাকোনবু মুন্না নমাঙ শংশংবদা পুরক্লে। করিগী পুক্লিং সুংবুং চঙলিবনো হায়না পাউমেল্লবগা বৃষসেন অকনবনি খাম্বী মৈরা হৌগুম কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা লীরী খেনচোং-তিং লীরুং খোংজি খোংনা হুয়েল লানশোক ফমদা চঙখিরবদা প্রবীর অকনবনা হান্না পাউহংঙময়ে।

হে গোষাই অথোইব-ও ! নঙবু প ঙ্গল নতিক লৈবা কনানো ? পন্থৌ নপা শাংমাবসুং করম্বনো ? কোলোয় নমিংথোংসুং করি কৌবা ?

লৈথাক কলায়রবাইগী লাকপনো? ইমাও শংশংবদা নাপল ময়াম কানা চঙলকপা অসিবু থমমুং যম নিংথোদা চৎনিঙবগী তৌশীকলা হায়না পাউমেনগঙঘবু নাতায়রবদা বৃষকেতু অকনবনা পাউথুমখিরে।

য়ারম অমা অমা ওইরবস্তু য়াথং নপাউমেন অসিদি লৈখিগুনো। য়ায়রা ঐগী তেন য়াইখোন্দুম চেংলো নমিৎ থিৎনা য়েংও! নাপল ময়াই কাববু তৌহিগুনো! অসুম পাউমেল্লবগা য়ায়রা তেনবুম মরিদংবু লৌনা কোবৌ নোংশাকোন মরিমাদা থারুরে। তেনবি অশৌবা অমনা লাঙ্গোই শাংথোবগী থঘোই অথীবদা পালহল্লে। প্রবীর মহকশাংদস্তুং য়ায়রা তেনবুম মক্তবা অমনা থারবগী তেনবাল অনাখেংম্না শমূ মহকশাংবু নীক্লা থাঙলে। তেনবি চৈথাখোনবু ফংলবগী প্রবীর অকনবনা য়াইংবি কললৌ নীক্লকপনি কো য়া শুমিৎ য়ুংলিঙৈগী নোংশা মণ্ডাল মৈগুম্না য়ায়রা মক্তবা তেনবি মপূম্মাবু য়ায়রা তেম্দোং-সুংগী লৌনা বৃষসেন অথোবগী উনবি চফম থিৎনা চৈপিরে। তেনবি অথোবা মরিদংনা কেংরৌ নোংশাকোন মরিমাদু ককথোকলে। লাঙ্গেই শাথোবস্তুং য়ায়রা তেনবুম অমনা মাঙহল্লে। লানশোক অসুম তৌনা বৃষসেন অথোবস্তুং ডুলাই লেংদমথক্কী মালেম লৈদা তাত্রনা য়াম্থখিরে। মতৌ অডুবু উরবগী অনুশান অশৌবনা চকমোম লমচৈ চাক্কুম তানশিন-খিরবগা য়ায়রা তেনয়াম কাপ তেনবি নোংজুননা কাপশিনখিরে। প্রবীর অকনবগী লূবাংট কোইরেন্থক্কা শুমিৎ মথোঙ উদনা থূমহৎপবু উরবগী নীলধ্বজ নিংথৌ অকনবদি কঞ্জাউ মৈরা-হৌ লানফম মৈশা লাংনা লাম্মী অকনবা পূম্নমাগা নোংশা লাম্লাউ চৈরৎতা নিংথৌ পাঙ্গল মতিক উৎ লানশোক মৈশা লাংনা শোক্লরবদা অনুশান পাঙ্গনবনচিংনা লানফম মীয়াম তুরবগী লানশোক লোংনা হম্না চৈরৎলে। ঈঙাং তুরেল চেনগুমলে। মশা লৈখোম ওইনা লাংত্যা মীশা চাবা লমহুই শাপাম্বনা শারেল শামৌনরে। কোরৌ নোংশাকোন লাঙ্গোই মোইশায়া পূম্নমাস্তুং মশীঙ থিঙমদনা নোংমলহল্লে। লানশোক মপা-নববু লৈহরবগী শৈব্যশাচী অর্জ্জুন তেলহৈবনা কঞ্জাউ মথৈ-ফং চকমোম

মৈরাম্নুংদা লনী ঘী হৈজিনবদুগুমলে। অর্জুন ঐবু লৈরিঙৈদা লানশোক মতৌ থিনা থোক্লিবা অসিবু করিগীনো? হন্দক লানশোক অসিদি নিংথৌ লৈকোয় কন্থা মহাকপু থরাই মক ফংনা নোংমলহল্লগে হায়না গাণ্ডিব লৌরুং মখূৎশূবু রায়রা শেঙ্গম থোংনা সনা তেন্দোং মুংগী কাপথিরিঙৈদি তেনবি অমত্তনবু নগাইবা রায়রা লমথাং য়োরবগা তেনবি লিশিং থোকনা লানমী মীয়াম শিনবদা পাল্লুরবদি রায়রা লথা শুনা পাল্লবা তেনবু তেনবি চাম্বা চাম্বাদংবু মতম লিচৎ নাই দনা কাপশিল্লরুবগী মাইকৈ মরিনা মহাকপু অহিং থামম্বগুমলে। নীলধবজ লৈমাবগী ডুলাই শেকপিন চৈরৈ কিরাল শাবী লাম্নী শগোল শামু পুন্নমাবু শাগবী ঙামজো লৈপগুম ককথেক্লবগী লানশোক ওন্থোকপা অসিবু গঙ্গাদাস ইদোম্বাগী ইচিল অমত্তনদি কনা কায়গুমলোই।

মতৌ অসুম ওইববু চেংলো মিৎথিৎলবগী নীলধবজ নিংথৌ পাঙ্গনবদি অকন নোংয়েং-চেংবু হৌরক্লবগী লাম্নী মীয়াম্, লানশোক হকথেং-কং মতৌ পান্দম লাকগমদনা তেনবি নোংজুনকরে। অনৌবা অগ্নিবান থাম্বী মৈগী তেনবু রায়রা তেন্দোংমুংগী শৎনা কাপথিববু চারি চিথেক মরিমা মহাকপু থাম্বী মৈরীতোন রাংগাবু মগৈরবগী অর্জুন পাঙ্গনবগী তেঙ্গোল মীয়াম শিল্লিবা অদুশিঙ্গী পোৎলোয় লৈতেংপোৎ পুম্নমাম্নং থুম্না চাক্লুরে। প্রলয় মাঙ্লাইদমগী থামগম্ দবা মৈগুমলে। থৌরম অসুম তৌনা তেঙ্গোল মীয়াম মূৎনা চাক শিল্লরুবগী অর্জুন লৌশৃ হৈবদি কঞ্জাউ মৈরা হৌনা সনা তেন্দোং-মুংগী বরুণ ঈশিং তেনবু থম্না গাণ্ডিব মথূৎশূদা থোংনা রায়রা তেনবাই-থিববু লুয়েল লানশোককমদো জলাময় ঈরেনপুং লাকগমদবদুগুমলে। অর্জুন রায়রা তেলহৈবগী মতৌ করম্বনো ওন্থোকয়ে। সমুদ্র ঈরেনপুং কোঙ্গায়বু রায়রা তেনজিল থোংনা পুরিবদুগুমলে। রারম অসুম ওইরিবা মহাকপু লাজা ঈশিং তেন মথক্তা মৈরী লামতম-লামু মাইকৈ মথোঙ-থন থাম্বী মৈৎমুৎ লৈতনা মচাকল্লিকয়ে। লাইজা ঈশিং তেনবু কংনা মৈচাক তেঙ্খিদবা অদুবু উরবগী পার্থ অর্জুন

তেলহৈবনা লানশোক- মতৌ করম্বনা খাম্বী মৈমূৎহনশিবনো ? খোই-মোম নোংদম্বা মখৌথাগী তৌশিকলা হায়না উনবি মুংবং চঙনা পায়মা ইরৈ চললে। মায়খোং চাইরুং কংনা লীকং মখূৎশুবু দুলাই মখূৎনেত্তা থম্লবগা শমু মথূৎ অনিমাবু লোম্না খাম্বী মৈত্রেং অরাববু য়াথং লৈশ লৈথোঞ্জখিয়ে। "হে খাম্বী মৈত্রেং অরাব-ও নঙবু খোইমোম লাই মহাকনে। খাম্বী মৈত্রেং অরাবা নঙনা অর্জ্জুন ঐবু চাকপিগনো। খাম্বী মৈত্রেং তেন নঙবু শোঙকিবনা থরাই ইমিয়েনবু শমু ইহকশাংদা পকপিরোইদৌশিল্লকলে। লাম্মী ঐগা লোয়নরিবা অসি থৈবিকপুসুং চাকপিদনা ঙাকপিয়ো। লানশোক মতম চাদরবা অসিদা হে অগ্নিদেব অথোইব নঙবু ঙাকপি থৌজাল হৈয়ে হায়না বেদ লাইরিক-য়েক্তগী নাতাইয়ে। তাংজা নরৈতোনবু তয়েৎ পাললে। নমিৎ পিঙ্গলা ওইনা নথোঙ অহুম শুইয়ে হায়না পাউমেম্নরিবা অদুনে। বারম মতৌ অমসুং থায়না লহাম্নোং শ্বেতশীব হায়না কৌবা রাজা নিংথৌরেমনা খাম্বী মৈত্রেং অরাবা নঙবু ঈড়াৎ পুরুমজবদা পূক্নিং হরাউ থোইনা পেনবিখিরবগী মঙাল অশাববু মাঙ্বিরবদা চেংলৌ নশক অঙাংবা বাংঙাদবু নঙাইরবা নত্তবরা ? মতম অদু নোংদা শ্রীকৃষ্ণ লাইরিংথৌগা অর্জ্জুন ঐগা ঙাইরোইননা খাণ্ডবন উমংলেনবু থাম্বী মৈগা থানা চাকহল্লুভৈদা নঙাল মৈশা মাঙ্লবা অদুবু অমরক হজিনহনবা কৃষ্ণ লোয়না মপাতাউ অর্জ্জুন হায়না কৌবা অদুবু ঐনে। করিগী উনবি পূক্নিং নিঙশিং লৈতনা থৌকাউরিবনো ? খাম্বী মৈত্রেং নঙগী মুংঙাই পুক্নিং পেম্নববু অর্জ্জুন ঐনা তৌজরকয়ে। করিগী থৌজাল লম্মুক্নরিবনো ? বারম মতৌ অমসুং বংশ শাগৈ হাৎপগী পাপ অরুম্ববু শোঙকিবগী যজ্ঞ মঙম তৌগে হায়না লাঙ্গোই শগোল থাজ-রকয়ে। কোরৌ নোংশাকোন অদুবু ঙাকনবা লাম্মী পুম্নমাবুদি খাম্বী মৈত্রেং নঙ্না চাকহৎলে। পাজল করিগুম্বনা ঙাকশিবনো হায়না য়াথং মশীং য়াম্না পাউমেজববু হোয়য়াদনা মৈচাক মতৌ অনৌ-অনৌ থোইনদুম মচাকশিল্লে হায়না পাউমেনববু নাতারবগী জন্মেজয়

নিংথৌরেন্দি উনবি পূক্লিং ওক্লবগী শমু মথুং লোয়া মুনি লাইবু নিঙবদা পাউহংজখিয়ে।

হে মুনি অথোইব-ও! থৌরম মতৌ অসিবু নিংথৌ ঐনা নাত্তাববু উনবি থোইনা পূক্লিং ওকলে। খাম্বী মৈগী তেম্না মৈচাক চৈরৎ লৈতবা অসিবু বারম মথং শীম্না বাহম্বি-ও হায়রবদা খাম্বী মৈতাল লাংগুম্বা জয়মুনি অথোইবনা পাউমেনয়ে।

হে জন্মেজয় নিংথৌরেন ও! করিগী উনবি পূক্লিং ওকলিবনো? চকমোম মেক্রেং অরাবনা মৈচাক চলরাইবিদবা অসিবু নীলধ্বজ নিংথৌ অসিগী মমোম লৈমা নিঙথিবী কোংলোয় মমিংথোংবু স্বহাবতি হায়না কৌবী অমা লৈয়ে। নীলধ্বজ পাঙ্গনবগী লৈমা মশানৌ জ্বালা পায়মা লিনকোইগী স্বহাবতি কৌবী অদুবু নিঙথি মতৌ থোইনা উনবি পূক্লিং তুইয়ে। চেংলৌ শকপানথোংবু মমল মতিক নাইদনা অহেন থোইনা মিৎচুইয়ে। ভাংজা মশম থেংপনা কাওহৈ লাইশমতোনবু ওমজৈয়ে। লাইবক খেনলাইথোংসুং লোইদাম নিনি পানবা থাগুময়ে। পিশুম পাগোইরৈবু চৌংঙু নোংথৌ সরারেনগী লৌরুং মথুৎশূগুময়ে। মিৎমৈ হাইনা য়েংখিবদা খোইমোম লাই ভাইবং মী চৌংঙু লাই হিংচা পুম্নমানা থবায় মপাল লোয়না মিৎয়েং খুভম হোংনিংদে। মায়থোং মঙাল নাইবনা কোরৌ সুমিৎ তরামঙানি পানবা থাগুময়ে। চিনবাল মোইকাইয়াৎপু শাবল তয়াল হৈগুময়ে। ওকশম তোঙ্না হেনয়ে। খাং পমশিথোংবু খোয়রাং থাংদাননা থবাক লেংকনরাংয়ে। তুন্ তাউজিং হৈরাং চানবু সনা পুলাং খিনগুময়ে। চেংলৌ মবিৎ অনিমানা য়াউরৌ শচি মিৎকুময়ে। পানবোম থম্বৌ লৈরা য়োনগুম নিঙথি মতৌ হেলয়ে। ফৈবোম তানবুম লম্বু পুমুং লেমপ্রাগুময়ে। থোঙথাং কাংঙা লমচৎনৈয়ে। মচিল মামোল নোকপদা পঞ্চপ্রাণ মঙাম্বাবু থোক্লা চোং-থোকয়ে। পাখণ্ড লাংচেং মথোক্লকপা খৈবিক্লা থরাই মপাল লোয়না থানৈয়ে। ভাইবং নোংশাপাল অসিদা মোমমু লেংনত্তিন্‌বী খৈবিক্লগী সুজা মদোম নঙাইবদুগুময়ে। খোইমোম লাইবু নিঙবা মুনি অথোইবা

মহারজবু সুজা মাবু য়েংবদা থ্যান পুক্লিং লেপগুমদে। মতৌ অসুম ওইবী নিংথৌমচা নিঙথিবী অদুনা চৈরৈ খোইদোম্নরিবৈঙেগীমখৈবু খাম্বী মৈত্রেং অরাবদবু স্বামী মপু অরোইববু ওইজগে হায়না ইরাৎ পুরুমজেয়ে।

খৌরম অসি মতুংগী সুজা লাংজেং মথোক্লকপদা মপা রাজা নিং-থৌরেম্না পাউহংখিয়ে।

হে ইমোম নিংথিবি-ও! নঙবু পুক্লিংনা তা-নবা কয়হবু লৈবনো? হায়না পাউহংলবদা স্বাবতি অহেনবীনা পাউখুমখিয়ে।

নমোম ঐগী পুক্লিং ইত্তা-নবদি চকমোম খাম্বী মৈত্রেং অরাববু হেন্না অমা কনা লৈতরে। য়োইময়াই ভাউদনবা লোইদাম থাজ পা-খংবা ব্রহ্মা মহেশ্বর চৌংঙ্ নোংথৌ সরারেন খোইমোম অসি খৈবিক্তি লৈমা ইপা-নববু ওইদে। ব্রহ্মা লাইরিংথৌসুং মচিন মরি পানয়ে। লোংপোক মহাদেবসুং মালেম বিভুৎ তৈরে। চৌংঙ্ সরারেনসুং গুরু-পত্নি শোককদবীবু পুক্লিং কারল চল্লুবগী মমিৎ লিশিং পানয়ে। খোই-মোম মথোয়গী লৈমা মশানোবু ওইনা লৈনিংদে হায়না পাউখুমলবদা মপা রাজা নিংথৌরেম্না পাউমেনহিকয়ে॥

খাম্বী মৈত্রেং অরাবসুং মনাক শংশংবদা নক্লিকৈদি সুমিৎ মঙাল অরাববু থোইনা শাইযে। মঙাল মৈশা কনবা নাক্ত, করম্না য়োইনা থৌগল ঙমগবনো হায়না পাউমেনববু নাত্তারবদা মমোম লৈমা নিঙ-থিবীনা মত্তৌ অদুম ওইরবা মহাকপু নমোম ঐদি চকমোম মৈগী নাক্তা য়োইনা থৌগজগে মনিঙজরে হায়না পাউমেম্নরিবৈঙদা খাম্বী মৈত্রেং অরাবনসুং ব্রাহ্মণ লাইওইনববু ওইনা নিংথৌ মাঙদা থানা উৎলরে।

হে নিংথৌ লৈমাবা-ও! খাম্বী মৈত্রেং কোবা খোইমোম লাই অত্তবু ঐনে হায়না পাউমেল্লুববু নীলধ্বজ নিংথৌরেম্না ব্রাহ্মণ মশক ওইবা নঙনা চকমোম মৈথাংথোনে হায়না পাউমেল্লবা অসিবু নিংথৌ ঐনা পুক্লিং থাজ ঙমদরিয়ে। চেংলৌ নশক অরেপ্পা মহাকপু চিংথোক্লে। তাংজ লুরেনত্তোনবু মকোক অমি পালয়ে। নাকোং মরি শুইয়ে। তাংজা মরৈত্তোনসুং তরেৎ শুনা মথোঙ অহুম পানবগী

মঙাল থোইনা শাবনিগীনা তাইবং নমু পোংওইবা খৈবিক্লা চেংলৌ মিৎথিৎ ঙমলুদে। মতৌ অদু উয়বদা নীলধ্বজ অকনবদি অকি পূকনিং চঙলবগী শমু মখূৎ লোম্না হে ইবুঙো চকমোম মৈনিংথৌ! খোই-মোম লাই ওইনবা-ও! নশক অয়াবা নঙাল অশাববু খঙজরে। নত্তিক অরূববু হনজিনবিয়ো। ইমোম লৈমা নিঙথিবীবুসুং চকমোম নখোঙ থাদা কৎচরগে। নঙাল অশাববু ফংদনা নিংথৌ ঐবু য়োক-পিবদুম লমকুবিয়ো হায়রবদা হে নিংথৌ লৈমাবা-ও! পায়মা নঙগী উনকোয়সুংদা নিঙলিবা খৈবিকপু সুংঙাইনা নিঙথুংনা তানফংও হায়ন। য়াথং পাউপিনরবদা রাজা নিংথৌরেননা মমোম স্বহাবত্তি অহেনবীবু থাম্বী মৈত্রেং অয়াবদা সুহোং মঙম তৌবিরে। জৈমুনি অথোইবনা হে স্মসেঙ্কয় নিংথৌরেল ও। ময়ম অসিগীদমক্লা অর্জ্জুন তেলহৈবগী ভক্তি মহ্যাথংবু হোয়য়াদবা অদুনে। ময়ম অসূম তৌনা চকমোম ময়াঙ্ হৌনা চাকশিল্লকপবু উয়বদা ধনঞ্জয় অকনবদি নমু মী মচম্বু নত্তবনিগীনা কঞ্জাউমথৈ লৈতনা পাউমেনখিয়ে।

হে থাম্বী মৈত্রেং-ও! অর্জ্জুন ঐনা নোঞ্জববু হোয়য়াদরিবা অসিদা পাঙ্গল নংগী নখৌ লৌরিবমথৈবু মচাকশিল্লকলো। হুয়েল লানশোক মতমদদি শঙ্কর মহাদেব মহাকপুস্নং শোঙকি পূকনিং লৈত্তবা অদুনে হায়না অর্জ্জুন তেলহৈবনা পূকনিং কঞ্জাউ থোইরবগী নারায়ণ হায়না কৌবা খূৎশূ অথোইববু য়ায়য়া তেনয়াহয়গে হায়বগী সনা তেন্দোংসুংগী শৎথোকলে। নারায়ণ মখূৎশূ অদুগী মতিক অথোই বদি য়ায়য়া মতিক ফংনা কনা হায়হৌরশিবনো? তেনবি মঙাল অয়াবদি মায়কৈ মথোঙ তরামাদা ঙাল্লিবা সুমিৎ মঙাল অশাববু ঙমজৈরয়ে। তেনখোক সনা য়োমরয়ে। তেনশক মফম খুদিংদা হীরা মনিক মানিক থামরয়ে। বায়য়া তেন্দোম্নুংদা লৈরিবৈ মহাক্তবু লাংত্যা লমহুই অনিমাবু লোইহা পুরুমনৈরয়ে। তাইবং নমু পোং-ওইবা খৈবিক্তি লৈখিশুনো। থাম্বী মৈত্রেং মহায়বু অকি পূকনিং ফংজিল-লক্লবগী অর্জ্জুন তেলহৈবদা য়াথং লৈশি নৌনা পাউমেঞ্জেরয়ে।

হে পার্থ নীশূ হৈব-ও। কোরৌ অসি পুমিংমাবু ঙাকপি-ও। থমজুং যম নিংথোগী নমু মীহাৎ-চৈগুম্বা রায়রা নখূ-শূবু কাপশিন্নরুবদি থাম্বী মৈত্রেং অরাবা ঐবু লায় লমথোঙ লৈতরে। অর্জুন নত্তোন্দা রারম লৈশি থোইনা পাউমেজরবনে। পাপ করি লৈবগী যজ্ঞ মণ্ডম অচৌববু তৌরকলিবনো? ননাক শংশংবদা লৈরিবা কৃষ্ণ লাই-মরুবুদি নমদা হুম্না করিগী যজ্ঞ মণ্ডমথৌবু তৌরিবনো? হরিনাম মন্ত্র অরুবা অসিদি লাইশোন ময়াই লৈবা খৈবিক্তগী মন্ত্র নিংথৌরেমে। খোইমোম লাই পুম্নমাগীনুং ভগবান লাইমরুনা নিংথৌ মরু ওইরিবা অদুনে। মতিক অসুম ওইবা মাধব অথোইবগী কোলোয় মমিংথোংবু না-তাজবা মহাক্তবু মহা পাপপু কোক্লেমে। হে অর্জুন লৌশিংব-ও রারম অসি খণ্ডনা চীংঙু কোলোয় মমিংথোংচুম শোজৌও! পাপ অরুম্বা খৈবিকপু মদোম কোকখিঙৈনে। নারায়ন মখুৎশূদো রায়রা ভেন্দোংনুংদা হঙ্গিনবিরো! যজ্ঞ মণ্ডম শাসূং পিরক্লগে। নীলধ্বজ অকনবনুং হুয়েল লানশোক্লবল্লয়োই হায়না পাউমেনববু নাত্তারবদা অর্জুন অকনবদি নারায়ন রায়রা মখূৎশূবু কাপ্লমদনা সনা ভেন্দোংনুংদা হঙ্গিললে। থাম্বী মৈত্রেং অথোবনুং মূর্ত্তি মশক থোক্লা নীলধ্বজ নিংথৌ অকনববু তানা চংখিরে। মমান নিংথৌ লৈযাবদা "হে নিংথৌ অকনব-ও! নংগী লোয়্না চান্না নচা নশূ পুম্নমাগী থরাই মমিয়েনবু হিংহল্লগে হায়রবদি কোরৌ নোশাকোনবু পীনা য়োইনা থৌজাম্নরুরো রায়রা মাগী মতেন্‌চা অহুদি কোরৌ নোংশিং মহাক্তা পান্দমন্মৈরে। তেনবি কনান্না মাইয়োক য়াঙমদে। রারম অসি খণ্ডনা পায়মা নপুক শাউনবু হনজিল-ও হায়না থাম্বী মৈত্রেংগী কোলোয় ময়াম্বংবু নাত্তারবদা নীলধ্বজ নিংথৌরেন্দি সনা য়োইকোম্‌ংবা চঙখি-রবগা পাত্তেথরগী মণ্ডপোদা রারম-গুনা পাউদন্নু টরে। থাম্বী মৈন-চিংনা নিংথৌ ঐনুং ইশারী প্রবীর অকনবনুং চেংলৌ মাইখি নংলা হুয়েল লাত্তেন্নকলে। অর্জুন মাগী রায়রা ক্লেন্‌বাইখোল অহুম্দি মালং নোংশিং অকনবা মহাক্লবু রায়রা তেনলক চক্কনা শিংচিং গুবে।

মরুম অসিগীদমক্তা অর্জ্জুন' তেনহৈবা অচুম্বা লাক্লোই. শগোল-পি থৌজাল 'য়োইখোম্বনা" চানরসে হাববা মপাউমেনবু নাত্তারুবদা, রানী-শ্বরি জ্বালা' লৈমাবিনা পাউথুম্নকয়ে ।` হে .নিংথৌ ইশাবী-ও! য়াথং নতিক নত্তবু করিগী পাউথেনবনো ? লৈমা ইয়াম্নবী পাটে-শ্বরী 'কম্বাল' কন্থিশিংবু তাংজা ইকাইরুইরে। পাগল কুরি রাৎয়ে হায়বগী শকম কৌন্দা কিনা থম্নবা·কোয়ৌ নোংশাকোনবু পিরুগিবনো ? কত্রি ধর্ম্ম অংথাইববু ওাকবিইভনে। · শগোল শামু, খোঙবী লানমী ইপাল্লী 'প্রবীর পাঙ্গনবনচিংনা পাগল করি রাৎপবু লৈতরিয়ে । ছুরেল লানশোককবদা নোংমল্লবম্বুং কোয়ৌ নোংথৌ কাইগ্রে,। লান-কম ওমজল্লবম্বুং তাইবং নোংশাপান্দা কোনোয় মিংলেন চৎএ। অসূম পাউমেনববু নাত্তারবদা নিংথৌ লৈমাবদি তা ঙ ইক ইকরাগী লৈবাক পুম্বা হূপ লাম্মী মীয়াম 'পুনা চৎখিরে।

অর্জ্জুন লীশূ হৈবনা চেংলৌ মিৎখিৎওম্নবগী লানশোক মৈশা লাংশুম' তেনবি' নোংজুননা নীপথবক লুরাই কোইরেম্বক্তা উপ্না কাপ-ওমরে। লানশোক হকথেংনকং মচৌ পান্দম লৈত, তেনবি চাম্বা চাম্বা শুনা লানকম চৈরক থাম্বনা· কাপশিনখিরবই শানমী, মীয়ামহ্ শগোল শামু মশীং য়াম্না কাপথুরে।। নরাস্ত্র তেনবি .কৌদাংকোন শাবা অমনা নিংথৌ' সনা মহকশাংদা পাশহল্লে। ভিন্দিবান নাহন-শাবা বাম্বরা তেনবুমমানা লাক্লোই শাথোবদু ক কথংলে বাম্না :শংকেং শাবা মরিদংনা কোয়ৌ নোংশাকোন মরিথাবু নোংমশহন্লে।, নিংথৌ লৈমাবাদি অর্জ্জুন মাইয়োক য়াওমদনা লানকম নমদা-হুল্লমদে। তেনবাল থমুং থিৎলবগী' চিমবাল মোইকাই-কং হকচাং মচু ওম্না সম্না য়োইকোন-নুংঙা বাবথুংলুরবগা লৈমা মশানৌ পাটেশ্বরী অহেনবীবু,য়াথং সিখি থোক্লা চৈহৎলুরে। হে 'পাসঙী! পুজা মীমাতোন অভোনবী-ও! নঙনা থৌরম অওকপা পুন্নমমাবু মাওহল্লে হায়না, য়াথং, অথা থোক্লা য়াকহৎলম্নবগম্ন লোইহা পুরুসপোক, অমাগা কোয়ৌ নোংশাকোন মরাক্তা অর্জ্জুন মথুৎপাক্তা কৎনা বাকৎচখিয়ে ।

হে অর্জ্জুন তেনবৈব-ও ! নিংথৌ ঐবু কৌরব কুরি, ওইববু তৌগে হায়রবনো হায়না পাউহংলবদা পার্থ তেনহৈবনা হে, নিংথৌ লৈমাবা-ও। কোয়ৌ নোংশাকোনবু শাকপদা তাইরোইন্না যজ্ঞ মতম অচৌববু পাঙহন্নসে হায়রবগা নীলধ্বজ অকনবদি, মপারৌ প্রবীর মথোক্লকপগা লানবী মীয়াম পুনা অর্জ্জুন তেনবৈবী হৈনা মতুং ইনখিরে। অর্জ্জুন পাঙ্গববদি থাইক মথোই তোংনা কোয়ৌ নোংশা-কোনদো মমায়খানা পাংনা চৎখিরে।

জ্বালা লৈমা মপানৌদি পুক্নিং মুংঙাই কংদব্রগী পল্লো মপা দৈবক নিংথৌরেনবু ইন্দানখিরে। লৈবাক মখিংথোংদি ঝকদেশ হায়না কৌয়ে। ঝকদেশ লৈমাবা অহুদি পুকনিং, ধর্ম্ম চেনয়ে। থরাই অপকমাবু থৌজাল লাঙ্গোন হৈয়ে। নিংথৌ অথোইবা অহুদা লৈমা শমু মথুং লোম পাউমেজ্জরুইয়ে। "হে নিংথৌ লৈমাব-ও ! নমোম নঙনা পোকপিনে" হায়না পুকনিং থৌজানবিরবদি নমোম ঐগী বারন অকববু ওইনবা তৌবিয়ো। অর্জ্জুন তেনহৈববু প্রাণ থবাই হাৎনা পুকনিং ঐগী অমাববু কোকহনবি-ও হায়না পাউ-মেনববু নাতায়রবদা দৈবক নিংথৌরেন্দি তাংজা মাগী লুয়রক্তোন্দা কোয়ৌ নোংশীঙ্জংনা তারকপক্তগুপলে। বারম নত্তবা মতৌ থোক্ক-বাবু কয়িগী পাউমেল্লিয়নো অর্জ্জুন পাঙনবা অহুদি ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ণ অহুম্মাবুসুং থোইমোম লেংনা ত্রিনবদগী চাংঙ্ মহাদেব ইন্দ্র সবারেন থোইমোম গন্ধর্ব্ব মথোয় অসি থৈবিকপু পাজেপ মথাঙ খাঙদনা জয়-জয়িবা অহুনে। বারম মতৌ অমসুং লৈমা নথংথনবু হেনথোক্লবী নঙবুদি চেংলো শকউনহৈদে। নিংথৌ ঐদি তাইবং নোংশাপান্দা পোক্লরোই হায়না য়াথং অথা থোক্কা চৈহৎলে। নিংথৌ ময়াথং অথাববু কংলবগী মমোম লৈমা নিঙথিবীদি সনা য়োইকোমলংগী থোকখিরবগা মপান অশংবদা মমোম নিঙথজরুইয়ে। বাথল মরু ওইববু তানফংলুরবগী রাকটৈ হি-মা তোংনা গঙ্গা তীর্থ ইরিক্লাইদা য়াথং লৈথোজরুইয়ে।

হে সুরেশ্বরী গঙ্গা য়িয়াশেং-ও ! নঙদি নমু মাচনথি থৈবিকপু লানখি-হৈবী চাংঙ্ মহাদেব মোইরোইবগী শমাং জটাপুংদা নকম

সুংঙাইথবু ওইনরিবী হে ইমা থৌবী ইয়াশেং-ও ! পলেম নঙমু শোক্লববু তানকংজরবদি মপোক তাংওন লথাইরকী পাপ অরূম্বা থৈবিকপু কোক-নম্রিবা অচুনে। অসুম রাকৎচববু নাতারবদা গঙ্গাদেবী হৈরেমনা পাম্রবা পুক্নিং পেনবিম্রবগী মমু মীয়াম উহন্দনা লৈমা মথমতা দেবী মশক অয়েপ্পবু জ্বালা মমাঙ শংশংবদা উৎপিরবগা হে লৈমা নিঙথিবী-ও। বর মরম করম্বু নিনিঙথগী দেবী ইডিক অরূববু য়াথং ভক্তি তৌনা থাগৎ-লম্রিবনো? হায়না পাউহংলবদা জ্বালা লৈমা অহেনবীনা শমু মথুৎ লোম্না রাকৎচথিয়ে। হে ইমা গঙ্গাদেবী লাইরৈমা নঙদি পুন্য অথোইবগী তুখুন ইরিক্লাইবু ওইরিবা অদুনে। গঙ্গা নকমলেন অঙদি থাম্বী মৈত্রেং মালং নোংশিৎ অয়াঙ বনচিংলিবা থৈবিকৌ নিঙলি মরম অম্রাম্বু মাঙ-হল্লিবী নঙগী নপারী ভীষ্ম পাঙ্গনববু অর্জ্জুন ভেলহৈবা অসিনা কুরু-ক্ষেত্র মকমলেন্দা নোংমহল্লে। নপারী অসিগুম্বনা অর্জ্জুন মথুৎপাক্তা নোংমনববু করিগী থৌকাউবনো? নপারী তরেৎ শুবরক্কগী ভীষ্ম পাঙ্গনবা অসিবু হস্তিনা লৈবাক ঙাক্লবা শান্তনু মথুৎপাক্তা পীরম্ব নত্ত-ররা হায়রবদা গঙ্গাদেবী অহেনবীদি মপারী ভীষ্ম পাঙ্গনবগী মতৌ অম্রাম্ব থৈবিকপু মুংওন নিঙশিংলুবদা রারম থঙলৌ ঙমদনা য়াথং অথা থোক্লা মীচৈথিয়ে।

হে অর্জ্জুন ভেলহৈব ও। নঙনা ইপারী ভীষ্ম মুংজানববু প্রাণ থরাই মাংহয়ে হায়রবদি অর্জ্জুন লীশু হৈবা নঙসুং নচা নঙনা পোকপা বক্রবাহ মথুৎপাক্তা য়োন্দনা নোংমন-ও! অসুম মীচৈরমবগা গঙ্গা লাইরৈমাদি চেংলৌ মশক উদনা মাঙথিরে। জাহ্নবী গঙ্গা মীচৈথোন অসিদা থৌরম কোক্ল-রাবু পুম্না লৈতরবনিগীনা জ্বালা অহেনবীদি হয়াঙ মথৈ লৈঙনা শমু মহৎকশাংবু নমদা হম্না থরাই মমিরেদি মক্রোহ অকনবগী রাম্ররা ভেন্দোংনুংদা থাজা মচেৎ শাবা চেনবু ওইনা লৈরুরে হায়দবরা ?

বৈ মহামুনিরেম্না "হে জন্মেজয় নিংথৌরেল-ও! মহাভারত অথোইবা অসিবু অমৃত লৈহি অথুম্বনা হৈলরিক নোংজুনরক্তুগুম্বনে। উরবি পুক্নিং

পিরা মাঙ্গাজরবদি লাম খুভদপেল অথোইববু লেপ্না তামকর্মবে হায়রা মাস্টিবা সেন মপারী শ্রীগঙ্গাদাস লৌশিংবনা। মুংঙাই মীয়োল ওইনা লেংখোক্লকা অসিবু হে নঙ্গু মীওই চৎখোনবশিং-ও! নঙখোয়দি নচিন রাম রাম শোয়া নাতাবি-ও ॥

---

# ৬ শুবা অধ্যায়

রায়ম মতৌ অমসুং মুংশি মখৈ লৈতরবা থৈবিকপু মুংঙাই মরুপ ওইবিরিবা জয় য়াইকবেন য়াইকবা শ্রীকৃষ্ণ খোইখোইববু তাংজা নুপ-খোংনা হয়া হয়া থুরুমজয়বগা থোয়য অসি মতুংগী রায়ম মতৌ অমহু তেংথা পরেং শীয়া শৈথিরকে।

অর্জ্জুন তেলহৈবদি যজ্ঞ মণ্ডপ-শাবু থানা চৎখিরবগী হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবদা ধর্ম্মরাজা নিংথৌয়েমা ভৌমিবদি ব্যাস মুনি মপাউ-তাকপু কায়হন্দনা ব্রত তম্না চাহেম হোৎনদে ব্রাহ্মন লেংন-তিনবা থৈবিকতা কাউরেন মনবি লক্ষা লক্ষাসু শগোল শামু মপৈ-যাম চৈরে ফিরোই মশীংশু সনা থুজোক পীনা দান ললয়েন থোইরে। হস্তিনা পাত্র লেংনা তিনবমচিংলিবা মালেম লৈবাক পুম্নমাকসু নমু মীথায় নাইদা ফিরোই মপুম থিনা মুংঙাই পুকনিং পেলহল্লে। নাহা নুবী হমু-কনবা তনয়া মীপারুপ যোমনু মুঙ্গা ওইবিবু উনবি মথাক নাইদনা কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু ললয়েন চৈরেপ নাইদরে। ধর্ম্ম মরমচৎ অসি-গুমবু নিংথৌ মমাম্বা কনানা তৌওমদব্রিবা অদুনে। কোয়ৌ মুমিৎ খুদিংমু চিজাক নিপাল চানা পুকনিং থোইনা শেংরে। নোংজা শিংওক-থিবা থৈবিজা আশীপত্র কৌনা হাওলেন চাই-ওইববু থমা মাজাইরে। পণ্ডিত সভা লেংনা তিমা ভাগবত বেদ পুরান আগম নিগম পুরম্মাবু কোয়ৌ নোংজা খুদিং নাতাইরে। মতৌ অসিগুম্বা অমত্তসুং নিংথৌ

লমচৎ মহৌশাবু হোংদোক্তে। ধর্ম্ম রাজা নিংথৌরেনগী খোইযোম লাইনিং মরমচৎতি অসুম লৈজহল্লমগে। ধনঞ্জয় পাঙ্গনবনা লীক্লং থৃক্ত-শূনা শগোল মতুং-ইন নমু মীয়াম পূনা চৎখিবদো কোয়ৌ নোংশাকোনদি লাঙ্গোই মনিঙ-তম্না থাদোক্লবনিগীনা পামেল উমং অশোঙবা চীংলেন পলংলা রাংথোইবা খৈবিক্তা মকাথৎখিয়ে। যক্ষ গন্ধর্ব্ব কিন্নর খোইযোম লাই অসিশিংসুং লৈঙময়ে। উমং সুংঙাই শুংঙাইবা অচুবু চেংলৌ মিৎনা য়েংখিবদা থোইনা উনবি পুক নং হুইরে। নমু মীওই চঙখোনবা মুনি ঋষি অথোইবা হরি ভক্তি অচেৎপবু চৎঙখা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুন্নমান্ন লৈঙমরে। য়াউরৌ-শ। পোনবি উচেক পামেল উ উরি থাঙয়েৎনৈ অসিশিংনা মপাল মহে মঙাল মাই, শিংলেন নৈপান থাঙম য়েম্লিং মানৌ হুনঙমরে। খোইযোম লাইগী নোংদম কোয়ৌ নোংশাকোন অচুদি তীর্থ উমংসুং অচুদা চঙখিববু তম্না থৌচু নুংগী মশক-ওই শগোল লেংথোক্তনা লৈরুরে। যজ্ঞ মণ্ডপশানে হায়বগী থুদম মতৌ লৈতরে। লানকম মাঙওই চৎখিবা পাঙ্গল মঙাল চাউবশিংনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পূকনিং ইরৈচম্না অর্জ্জুন তেলহৈবদা উমং মতিক তম শগোল মতৌ হায়না থঙহল্লুববু অর্জ্জুন পাঙ্গনবা মহাকস্থং পায়মা সুংবং চঙলবগী প্রদ্যুম্ন অকনবনচিংলিব হকচাং পাঙ্গল মথোক্লকপা খৈবিক্লা লাঙ্গোই মতৌ য়েংলবগী শাকৈ খোমওন হৈক্লবন্ন থৌচু লেঙদ নুংবু ওইনা মরৈরবনিগীনা লাঙ্গোই মতৌ ওম্মোকয়ে। থৌরন করিগীদমকনো হায়না অর্জ্জুন তেলহৈবদি পূকনিং ইরৈ চলনা মুনি মকমলেনবু ইন্দানখিরবদা শৌভরি হায়না কোবা মৈয়ী মতম মানঙম্না তেজ মঙাল চাউবা মুনি, খোইযোম লাইবু নিঙবা অমা লৈঙময়ে। মুনি মরান য়োইকোম্নুংসুং থোইনা নিংথি পূকনিং হুইরে। মকম শুংঙাইবা অচুদা দেবক মপায়ী লেংন তিনবশিংগা শাস্ত্র লাইরিক অথোইবগী মায়ম অরুববু বিচার রাথিননা লৈঙবদা ধনঞ্জয় লৌশিংবনা শমু মথুৎ লোম্না পাউমেজরুইরে।

হে মুনি অথোইব-ও! নঙবু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদবু উনবি পূকনিং ভম্লিবো! হস্তিনা লৈবাক পুংঙাইবদা ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেম্না লৈবাক মপুরেনবু ওইরিয়ে। মাগী মশানৌ অর্জ্জুন বাররা ভেলহৈব-ও হায়না কোপোয় থোইনা মিংচৎলিবা অঙবু ঐনে। মাগৈ থরাই হাৎলবগী মহা পাপ্ন কিবনা অশ্বমেধ যজ্ঞ মঙম ভোগে হায়বগী লাঙ্গোই শগোল থাম্মরকপবু মকম করিগুবা অমিদা কোয়ৌ নোংশাকোম অহনা থৌহু সুংমা-কন্ চেংজা লেপ্তবু ওইনা লৈঙম্নবা অসিবু মরম করিগীদমকনো হায়না পাউহংলুববু মুনি লাইবু নিঙবা অহুনা কোপোয় য়াথং নোম্না পাউমেনঙামহে। কোয়ৌ নোংশাকোমনা থৌহু নুঙবু ওল্লিবা অহুদি মুনি ঐনা মথঙলিয়ে। হে পার্থ অর্জ্জুন ভেলহৈবা নঙবু হেম্না ভাইবং নোংশাপাল অসিদা পায়মা লৌতাম্বু অমা তৈনা লৈভরে। নমাক শংশংবদা লৈরিবা জগন্নাথ মপুরেনবুদি নমদা হুম অর্জ্জুন নঙনা মহাপাপ্ন কিবগী যজ্ঞ শগোল থাম্মকপা অমিদা কর্ণ ইনাকোংনা নাভাবদা পূকনিং থোইনা সুংবং চঙ্লে। হরি থোইমোম লাইমরু নত্তনা মহাপাপচু কোয়বও অমা কনা লৈবনো? ভাইবং নোংশাপাল অসিবু শেম্বি মাঙহন লেপহল্লিবাসুং মানে। থরাই অপকমা মহাকপু হরি মপুরেনগী মায়া ওমকদবনা পুন্না থল্লিবা মশেমনে। জগন্নাথ মপুরেনবু পূকনিং থোকাউ লৈভনা উনবি নিঙশিংজরিবশিংদো অশ্বমেধ যজ্ঞ মঙম চাম্মরকপু ভোজবগী পুন্য মপৈ অয়াম্বনা কদৌনকো। কৃষ্ণ লাইমরুবু চেংলৌ মিৎকুপ মরম নিঙশিংজবনা হেনথোইয়ে। হে অর্জ্জুন! মুর্খ অপঙ্বা নঙদি ক্রমনতা উপাল অথোইববুদি নমদা হুম্না চংনিং মমল-অচম্বু পূকনিং থাজ চঙ্না পাম্লে। নশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেল অহনুং নিংথৌ মমাবমা লৈবিরুগী থোইনা উনবি পূকনিং পঙলবা অহুনে হায়না পায়মা নঙগী উমকোইসুংবা লেপ্না থঙ-ও। অসুব মুনি ময়াথংবু নাভারবদা পার্থ অর্জ্জুন ভেলহৈবনা অনৌবা মম্ মথুৎ লোম্না পাউমেজবিরে। হে ঋষি অথোইব-ও! য়াথং নপাউবেন অসিবু য়াবা লনমরু অচেৎপা মহারে হায়না

[illegible] ঐনা খুঙ্জরে। থৌইওম থাবং মপীওতাক অসিবু উকনা পূকনিং অঙাংবগী বারম থাজেশেংনা থওজওমদে। মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবগী কোলোয় মমিংথোংবু শোনবগা থৌরম লওব লৈরিবা মহা পাপ অরুম্ববু কোক্না পবিত্র থোইনা শেংবে হায়ববু থওজরবা মহাত্মা দেব নারায়ন অথোইবগী মায়া ইরৈ অকনবা মহাক্না থওহন ওমদে। হে মুনি অথোইব ও! থৌরম অমা অমা ওইরবস্থং কোয়ৌ নোংশাকে'ম্না থৌদূ নুংগী মশকপু ওইথিরবা অসিদম্ভম মাথং নপাক্ত-মেয়া হায়বি-ও হায়না বাহমঙববু হে পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও! মুনি কোলোয় ইয়াথংবু উন্‌বি পূকনিং তপ্না নাতাত্ত ও!

থাইনা লহায়োংগী উত্রান মুনি হায়না কৌবা ঋষি লাইবু নিঙবা অমা লৈরে। মুনি ভালোয় মরুম্বীবু চন্দি হায়না কৌয়ে। মথং লাই-ওইরবগী মাথং মপাইমেন খৈবিকপু পুম্না বাচানদে। থৌরম লৈবা খৈবিক্তা উনবি মনিঙ তম্না মত্তৌয়ে। মপাম মরালরিবদা অতাং লায়া ওইনা লৈরিডেদস্থং পম্বৌ কোলোয় মরাথংবু ইন্দনা কম্বি মকম খুদিংদা থাজা লৌকন তোয়রবয়ে। পূকনিং মপাম থম্না উত্রান মুনি মখোঙ খাদা রাইথুংলৈরে। পম্বৌ-মপা শাৎমাবনা মরান লুহোং খোঙ-লোংপিরকপগী মুনি মখোঙ-খাদা অম্রম মালোইরবদা ইপারী পুংজানববু শাৎলবা থাম্বী মৈতারেং অরাববু ইরাৎ পুরুমতসে হায়না পাউমেনববু রাইবি মগুংহো তিলাং মখোয় শাউনা করিগী পারি ইমোম নাউনোসে হায়রগবনো হায়না মুমি শমু মখুৎপাকী মুবি খুতাই মখুৎশুবু পাঙল খুৎতম থিনা মুলবগা মালেম লৈমায়থক্ত হনথাইববু চেংলৌ মিৎথিৎ-লমস্থং পুজা লৌশিং বাথল বাৎলবগী তৌশীকনে হায়না মুনি পূকনিং বাঁয়ৌ লৈরুদে। থৌরম অসিং মতুংদা অক মহয় ওইমবা পায়মা উন-কোইপুংদা ওমা ওমা নিঙথনখিরে। কোয়ৌ পুমিৎ কদৌনৌংদা মুনি ঐগা থৌজাল শ্যীতিমরব পুম্না লৈতরে হায়না মপাল মাথোকথমদা মালং নোংশিৎ লাংনা অম্নম নিঙথম্লিবৈদা উত্রান মুনি মহাকী গুরু

লাইওইনবা কৌটিল্য মহামুনিরেম্না তীর্থ যাত্রা তৌরকপগী মনি মরান-য়াইদা চঙ্‌লববু চেংলৌ যিৎথিৎলবগী তঙুপ তয়াং আসন ফমকানবু থানা কমণ্ডলুবগা তয়া চেঙ মচং তিল থোইদিং য়াউনা ইরাৎ পুরুমজরবদা তরু থোইমোম লাইওইনা চেংলৌ শকোই য়েংনা পাউ-হ'লকয়ে। হে উত্তান মুনি সেবক ইপারী নঙবু মাইথোং ময়েং তানা উইয়ে। ককচাং মচু ওয়া লৈঙম্বা অসিবু মরম করিগীনো? নপারী নমোম পুংতানবীবু নাউনোদে হায়বগী পুকনিং অৱা চঙ্‌না লৈঙম্বরা? অসুম পাউহংববু নাতারবদা নদাইরেম ঐনা ইরান লোনরিমনাই তালোই মাক্তা থানা য়াঙ্গোইঙম্বা অসিবু কোলোয় য়াথং ইম্নবী সুতা লমচৎ খঙদবীবু থোক্লয়ে। মরান সুহোং থোঙদোংলকইগীমখৈবু তাইবং নোংশাপানগী ধর্ম্ম লমচৎ হৌনবা পুম্নমাবু ইনথিদে। লমচৎ মহৌশাবু য়াথং পাউতাক্লবসুং তম্না তম্না তিলাং মখোয়-শাউ থৌরম মতৌ অমসুং পম্মৌ ইপা ইপুশিংগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম থৌসুং হয়েং কোয়ৌ নোংমত্তবু নঙাইয়ে। য়ারম মতৌ অসিগী নদাইরেম ঐবু পুকনিং অৱা চঙ্‌না লৈঙময়ে হায়না খুৎফাং চাংজৌ চেপ্পা লোম্না পুরুমজরবদা কৌটিল্য মহামুনিরেম্দি য়াবা মখোঙ্গেনবু খাক্লা খাক্লা নোক্লবগা কোলোয় পাউমেল্লকয়ে। থৌরম অক শেম্বদি কোলোয় অথেম্বা য়াথং অমেঙ-বনা পুকনিং খুদুম চম্না শংলৌ থৌরাংবনে হায়না কোলোয় য়াথং থুপ্পা পাউতাক্লম্লবগা তীর্থ থোইমোম লাইকমলেনবু য়াঙ্‌না ইম্নাম্লকলে। কোয়ৌ নোংজামদি মুনি তালোই মরুম্বিদা কোলোয় য়াথং মেঙনা য়াহমথিয়ে। হয়েং কোয়ৌ নোংবুম্নদি শ্রাদ্ধ মঙম-থৌনে। মঙম পোৎয়াউ পুম্নমাদি মফম করিগুম্বদগী শংলৌ থৌরাংলুশিবা। ব্রাহ্মণ বেদ হৈবসুং কনা পাউকৌ-সিবনো হায়না য়াথং য়াতানহীকপবু চন্দি তালোয় মরুম্বিদি য়াইবি কলহৌ নীরদুম পাউথুম্লকয়ে। মঙম পোৎয়াউ অয়াম্বসুং বামন বেদ হৈবসুং মোমনু ইদোম মথঙ্‌জৈয়ে। কোলোয় নঙগী নয়াথংনা থৌরম মথোঙ-শীন্না করিগী য়াথং পাউমেন-তাই লৈবনো হায়না পাউথুম্লবগী উত্তান মুনিরেম্না হে প্রিয়া চায়বি-ও!

কোলোয় নঙগী য়াথং ভাবদা ঐবু উন্‌বি পুক্লিং পেল্লে। তৌম্নিগুম মঙম পোৎয়াউ মশীংবু উন্‌বি লৈনিং-শিংলসে। ক্না পোংজুম-হৈ য়ুবি হয়রাংচান থাঙদূপ লেংলোই-হয়্-চুক্ক্‌ফপ হয়্‌ওন-থোক চিত্রফল পেয়ান-হয়্-রাংচান মালভিগা মালেম লৈবাক অহিংবা নিলবর্ন চৈরৈ শংনা হেনবা ভিল থোইদিং অমুবা ছেকচুম থাউহী অহিংবগা পোৎয়াউ অসি খৈবিকপু লৌরকলুঙৈনে হায়না পাউ-মেনববু নাভায়বদা মুনি তালোয় মরুপ্পীনা কয়িগী পোৎলম মশাঙ লাক্লা বাহম্বনো ! মোমতু ইদোম মথঙয়ে। শ্রাদ্ধ মঙম পোৎয়াউদি গোধুম্মে কাউরেন যণগী থিনে। তন্দুল তরা চেং মচং পিঙ্কা ঘি-তল হাউখোইবা শঙ্গোম অকম অনৌ কাউরেন যণগী ঘি চুহি হৈরাংচান থোইহি থুমখোইবগা থোইদিং থাউবৈ অরাবা হয়রাং মকোং নাইমবা সনা ফিরোই মক্তবগা তুলশি মঞ্জরী হাপঙৈনে হায়না অস্নম পাউ-মেন্নরবদা কোরৌ মুমিৎমাদি শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌনা থৌরম মতোন লোম্নবদা হে প্রিয়া চায়বী-ও ! মঙম পোৎয়াউ খৈবিকপু শিংলেন তুলশি মখোঙথাদা থম্নবগা গঙ্গা লাইতা ইবিক্লাইদা হুন্তরম্ন-ও হায়না পাউমেনববু চন্দি তালোয় মরুপ্পীন মুনি কোলোয় ময়াথংবু ইনবিদনা লুকথাক চঙুম কোমদা হুম্ভকবগী উত্রান মুনিরেন্দি কজাউ মৈরা থোক্লা চৎখোকখিরবগা হে চন্দি লমচৎ মতৌ ফৎতরবী নঙদি কোরৌ মুমিৎমাগীমখৈ থৌহু নুংগী মশকপু ওইনা মতম কয়ামরম কূইনা লৈরুরো হায়না য়াথং মীচৈ থোক্লে। চন্দি তালোয় মরুপ্পীনা পাউ-মেনখিয়ে। মুনি কোলোয় নয়াথং য়াথং মীচৈ অরুম্বদগী থৌত্র নুঙগী মশক ওইনা লৈরুরো হায়রবদি মতম কয়ানিমরমদা নঙগী য়াথং মীচৈ কোক্কগবনো হায়না পাউহংলবদা হয়েং ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন। শাগৈ থক্লাই হাৎপগী মহাপাপচু কোরবা অশ্বমেধ যজ্ঞ মঙম তৌগে হায়ন লাঙ্গোই শগোল থারকঙৈনে। অর্জ্জুন মশানৌনদি যজ্ঞ শগোল ঙাককে হায়বগী লাঙ্গোই মতুংইন্না লাক্লঙৈনে। অর্জ্জুন শমু মথুংতোন্না শোকপিরম্নবগা ঐগী য়াথং মীচৈ কোক্লা য়াইফ অরান ফংও!

উদ্যান উবং অসিবু ধনঞ্জয় পাঙ্গনবনা ইন্দাল্লক্করিবা মথেদি থৌঢ় নূংগী মশকপু ওইরুখো-ও হায়না চৈরম্নগা মুনি খোইমোম লাইবু নিঙ-ফমবু য়াঙনা ইন্দানখিরে। চন্দি তালোয় মরুম্বীন্নং তন্না থৌঢ় নূঙগী মশকপু পুনা লৈরোরে হায়দবরা? খোইমোম লাইগী নোংদম রাম নারায়ণ নিংখিবনা খোয়মা নারক চৎলকউৈদসু চীংঙ্ শমু মখুৎ-তোন্না শোক্লূবরগী চন্দি শমু মহকচাং নিঙথি পূকনিং হুবীবু ওইনা হোগৎলকপবু খোইমোম শ্রীরাম নামুংবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী উনবী পূকনিং ঙক্না লৈরিদৈ চন্দি মুনি তালোই মরুম্বীনা রাম সনা মখোঙ খাদা রাহমখিরে। উনবী পূকনিং য়াংনা মোমসু শমু ইহকশাংবু করি শোকপিরবনো হায়রবদা রাম নারাৎণ অহেনবনা থৌঢ় নূংবু ওই-ঙল্লবী নঙবু কনা খঙশিবনো। মুগ্ধিনি রাখল মতৌ লৈতরবী-ও। খিংলৌ অমরক নিঙনা হেনা থৌঢ় নূঙগী মশকপু ওইরোরো হায়না খোরম লৈবা খিবিকপু শুনা খঙহৈবা রঘুত্না রাম নামুংবা মহাক্লবু অসুম লানবিরমদনা থম্লে। হে পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও! নঙোন্দা চন্দি দোষ অয়োনববু থোরম মখাক নাইদনা খঙলবনে। য়াঙ্না মতৌ অয়োনববু পুন্নামাবু কোকপিরুরো হায়না শোভরী মুনিরেন্না য়াথং পাউতাকপিঙল্লবগী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবদি মুনি মখোঙখাদা থুৎকাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না পূকম্নল্ল-বগা চন্দি থৌঢ় নূংলেন ওইরবী অদুবু ধনঞ্জয় শমু খুৎনা শোক্লা লানবি-রবগী মুনি তালোয় মরুম্বীদি চেংলৌ মাইথোং মঙবীবু ওইনা হোগৎ-লক্লবগা অর্জ্জুন মাঙদা লেপ শমু মখুৎ-লোননা রাহমঙখিরে।

হে মহাশয় নঙগী থৌজাল নরলকুনা য়াইফা মহয় ফংনা লানবিরে। শাগৈ থরাই হাৎপগী পাপ শোৎল্লুম কোক্লবা যজ্ঞ শগোল ঙাকপদা পুন্য মপৈ অয়াম্বু য়োন্জনা তানফংজরো হায়না বর লনকুবিরিদৈদা উন্নাব মুনিরেন্না চন্দি তালোয় অরুম্বীবু দোষ অয়োন কোক্ল লানবিরে হায়রবু নাতায়রবগী য়াঙ্না ইন্দাল্লক্লবগা মরুম শমু মাঙদা থানা মুনি মরানরাইদা চৎখিরে। থোরম অসুম তৌনা চন্দি

ভালোয় মরুম্বিদা মতম অদুগৈগীমখৈবু থোইনা লমচৎ মতৌ কবীবু লেপ্পা ওইরবী অদুনে। যজ্ঞ মণ্ডম-শাম্বুং অসূম য়াইফ অরান কংখিয়ে হায়দবরা ?

ঐজ মহামুনিরেম্মা জন্মেজয় নিংথৌরেন্দা মুনি তালোয় মরুম্বীগা যজ্ঞ মণ্ডম শাগা অনিমানা নুংলেন মশক কোকখিবা অসিবু তাইবং নমু পোংওইবাশিংনা উনবি পুক্লিং পিনা নাতাজরবদি পুণ্য মথোই তোংনা চাউখৎনৈয়ে হায়না পাউমেন-রাবু সষ্ঠিবরসেনগী মপারী গঙ্গা-দাস লৌশিংবনা পয়ার মীরোল ওইনা লেংলমশৈনে।

হে সাধু চৌংগু লাইবক যবশিংও ! নংখোয়দি নচিল হরি হরি শোন্না নাতাবি ও !

য়াইফ মিংলেন চণ্ডখোনবা পুন্নমাবু তিল্লিবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ অথোই-ববু হয়া হয়া পুরুমজরকে। ঈশ্বর মতিক অরুবদি ব্রহ্মা খোইমোম লাইয়িংথৌ মচিল চান্মা পানবা মহাক্না কৃষ্ণ মতিক ফংনা হায়ঙম-দবা অদুনে। হিমগীরী চোয়নৌ সনা চীংনা কালি মুকফু ওই মালেম লৈময়োম্মা পত্র লাংবু ওই কলপতরু উপাল শিদবগী তলা উশামানা জেকাটি কলম-ওই সমুদ্র ইরেনপুং অচৌবা মহাক্না কালি মশক ওইনা বেদজ্ঞানি কোইনা মহে মতিক চণ্ডখোনবী য়োইবু স্বরসতী অচুম্বা মহাক্না কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু উনবি চৈরেপ নাইদনা য়েক্ল-বস্নুং গোবিন্দ মতিক অরুবগী মচেৎখিজিক অমত্তবু হায়ঙমদবা অদুনে। মতৌ অমুম ওইবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ শিদববু তাংজ লুদখোংনা হয়া হয়া খুরুমজরকয়ে।

হে নমু মীওই চণ্ডখোনবশিংও ! মহাভারত অথোইবা অসিবু থাজা পুক্লিং তিন্না নাতাউ-ও। থৌরম অসি মতুংগী রারম মতৌ অরাম্বু তেংথা পরেং শীন্না রাহমলকে। য়াইফা অরান কংলবা যজ্ঞ মণ্ডম শাদো মমায় হাউরৈ খানা-পাং লাঙ্গোই মনিঙ-তম থাদোক খিবগী থোয়মা নারক অশোঙবা উদ্যান উমং খুদিংগা কোয়না কোয়না শগোল মপুক তম্না চৎখিয়ে। লানফম মমায় লৈদবা পাঙ্গল

মরিরকপা পুম্নমাগুং শীরুং খুরুম্পার ভেদোং নখোৎবক হকাউ মীলোক-খোন-মাননা লাখোই মতু: ইরখিরে। কোয়ৌ নোংশাকোক্লো চীং-লেন পলংলা বাংখোইবা গুহা লোকশুং অশূকপা নবা মদী তুরেল মানা অমোম পুম্নমা অসি খৈবিকপু হেনখিরবগা চনপক নগরি হায়না কৌবা লৈবাক নিংথৌ পানবা অমা কংলুরে।

নিংথৌ সনা য়োইকোম্নুংশী পুংভাই মনিংখিদু কনা পাউমেন-ভমগবনো। লৈকাই খিদ্রুম খুদিংবু চোয়নৌ সনা মৈখাঙকোম্না লৈহেং খিমকুপনবগী মিৎয়েং শানখে ভমদনা লৈবাক পুম্না ভাদলে। চৈবৈ কিরান যুংবনা কোরৌ নোংদোন্দা ভোংচেং কায়নৌ থরান পিচাক্লা থবা মঙামাইনা পানবহুগুময়ে। খোইনা নিঙখি পুকনিং লুইয়ে। পুখরী লাইজা ইয়োককোমদসুং ভাম্ন চাকখোকপা খারা পোংপৈবা কাংভা চাক্তাবা থংগোং ইরাই ভানবনা ইথক নানৌ চৈয়োই-নবগী ঈশিং লৈভেং হেনএ। লৈবাক নিংথৌ পানবা অদুগী নিঙখি মভৌ চঙখোনববু ভাইবং নোংশাপান্দা মুংভাই পান্দমনা কনা হায়-হৌরশিবনো? ব্রাহ্মন বেদ খিবন ইমুং শোয়বাচিদা বোংখিল পুংজা হাঙদনা লৈবাক পুম্না নিলয়ে। লৈকাই যুমুম খুদি বু লনগৈ মপু ওইনা পালয়ে। অহল পুনশি মতম নত্তনা অমন থমলৈ-কুম্বা লাইখুং পোৎলুম চঙলকপা থোরম অয়োন লৈবগী শনি মিৎয়েং কংলবা মরম অসি খৈবিকপু চনপক নগর মরৈবাক্তা ওইরুদয়ে হায়দবরা?

নিংথৌ কোলোর মমিংথোংদি হংসধবজ হায়না কৌয়ে। খোইনা ধর্মলিংজেল চেল্লে। সি হ নোংশা মতমগুম পাজল মঙাল চাউএ। মতিক সমুদ্র ইরেনপুংগুময়ে। ইশ্রি খুদুম চম্না সত্য রাচুম গুইয়ে। বৈষ্ণব চরিত্র লমচৎনৈয়ে। বিষ্ণু ভক্তি মভৌ চঙখোনববু ওইএ। নিংথৌ সনা মহকশাংদা পুজ মপৈ অমাম্বানা শীনমা পুংনা লৈবরা অদুনে। মালেম ভাইবং পানবনা নিংথৌ মতিক মরুমু ইরাক পুকমনৈয়ে। মদাইমেথ মালেম লৈবাক পুম্নমক কংলবন নিংথৌ মখাকচিংনা ভাওোর মরুম পুংজাইমিবু অমা হেমা পুংশিন্নক্লা

থা-নদে। মমু মীপুৰ-মাবু থাক্তনা বিষ্ণু লাইমকপী ভক্ত মদাইরেম সুংজানববু ওইরে। হরিনাম অরূববু নত্তনা খোইযোম কনাবগী কোলোয় মমিংথোংবু তাংজ লৈত্তোন থোংনা শোন্দবরা অয়ুনে।

কোয়ৌ নোংজা থুদিংগীবু নোংদম চৈরেপ নাইদনা বেদ শাস্ত্র পুরাণ ভাগবত তাবদা সুমিৎ শিঙবুম ওয়েরে। তনবা নিপারুপ মোমনু মুজা ওইবী নাহা সুবি হনবা হমু থাক্তনা বিষ্ণু মদাইরেম সুংজানববু ওইনা হরি ভক্তি অচেৎপদা লমচৎ মহৌশাবু ওইনৈরে। নিংথৌ দত্তি রারক অরুণমুং য়াথং হেন্দোক নাইনদে। চেৎনা থৌরম রাশরুববু রা-য়েন য়াথং হেন্দোরুবদি শাগৈ পঙ্গৌ পামচা মপারী মনোংরাই ওাইরি শেনলি থৌজাল লিতিমবনে হায়বগী রাখল চিংন লৈতনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা কোরি থাংগী কম্বি মৈশাথক্তা শমু পাঙ্গল থেক্কা তম্না তম্না হুম্থ-নৈরে। থাইনা লহায়োংদা নিংথৌ মশানৌ অমনা রায়েন য়াথং হেন্দোরুবগী কম্বি মৈশা থক্তা শমু মখোঙ করা হুম্থববু পুক্রিং চিংন নাইখিদে। লমচৎ মত্তৌ অহুম তৌবা হংসধ্বজ নিংথৌরেন্দো খোইযোম লাইবু নিঙবা ব্রাহ্মন মখোঙথাদা ইরাৎ পুরুমজরববু উনবি লিতৎ নাইদে। বামন শংখলিদ্ধ হায়না কৌবা নিংথৌ পুরোহিত মনাউরোকপু অনি শুনা থৌগল ইরাৎনৈরে। ব্রাহ্মন অনিমাগী কোলোয় ময়াথংবু নত্তনা রারম করিগুবা অমত্তবু রাজা নিংথৌরেমা থৌরম হেন্না তৌঙমদে। চনপক নগর মরৈবাক্তো রায়েন থাংখৈ-নাই সুংগাই মরাঙ্ কায়্ খোইযোম লাইবু নিঙ্না অসুম লৈরিঙৈদা যজ্ঞ মঙমশা কোয়ৌ নোংশাকোনদি থঙলোদনা থুঙ্গং সুংগাই খোইবা অতুদা চঙ্খিরবগী মদাইরেম খোঙ্-লোয় পাউবুয়াঙ্শিংনা নিংথৌ সনা মংথোঙ থাদা থঙ্হল্লুরে।

হে ইবুংঙো চনপক নগর থুননিংথৌ খোইযোম লাইবু নিঙ্ব-ও !

লাজোই মত্তৌ ওঙ্হোকপা কোয়ৌ নোংশাকোন মকবা লাজোই তাঙজা ময়াইবক্তা চোয়নৌ সনা মপাক তোপ্না ময়েক লাইরিক ইবা অমত্তংবু নিংথৌ সনা নরৈবাক্তা চঙ্লকয়ে। রারম ময়েকসুংদা কৈরিবদি থৌরম মত্তৌ ওঙ্হোকয়ে। ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেমা হস্তিনা লৈবাক ঙাক্না লৈরে

হায়রে। মহাম কুরুক্ষেত্র লানফম তমখিবদা শাগৈ থবায় হাৎপগী মহাপাপ অচৌববু কোক্লবা যজ্ঞ মণ্ডম ভৌগে হায়বগী লাঙ্গোই শগোল থারকয়ে। লাম্মী অথৌলিচা হেম্না পাঙ্গল মঙাল চাউবা মশেনবু ঙাইরোইননা অর্জ্জুন ভেলহৈবনা যজ্ঞ শগোল ঙাক্লা লাকয়ে হায়না রাশক লাগৈরিক ইরকয়ে। অসুম খোঙ্লোয় শমু মখুৎলোন নিংথৌ মাঙদা লেপ্না কোলোয় পাউদয়রবগী হংসধ্বজ নিংথৌরেন্দি পুক্লিং মথোই ভোংনা হরাউরে। অর্জ্জুন তেলহৈববু লাঙ্গোই শগোল ঙাক্লা লাকয়ে হায়রবদি নিংথৌ ঐদি চৌংঙু থোইনা লাইবক ফববু লেপ্না ওইরে। অর্জ্জুন শগোল কাবদগী ঈশ্বর মপুরেনবু শমু থুবা থুমনা ফাজববু য়োম্দনা থোক্লগৈঙনে হায়না শংশং ভাঙ্না থঙ্জরে। অর্জ্জুন রথ চুপাই মখোঙ্নেত্তা কৃষ্ণ শাথৌনৈয়ে হায়ববু তাইবং নোংশাপান পুম্নমানা থঙ্লিবচুনো। রায়ম মতৌ অমাগুং কাউরেন যনবি চা-জেনবিদা যণনাউ তুংইন থা-নদবচুগুম্না মাধব শ্রীকৃষ্ণ থোইথোইবদি ভক্ত মদাইরেমশিংগী হৈনা মতুং ইনবিরিয়ে হায়ববু বেদ শাস্ত্র পুম্নমানা হায়নরিয়ে। থৌরম মতৌ অসিগীদমক শগোল চেৎনা থম্না অর্জ্জুন লানশোক্লরুসে হায়না পাউমেল্লবগী মদাইরেম শগোল তোংবা পুম্নমাদি চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা য়াঙ্না হুয়োল লানশোক্লরগৈঙনে হায়বগী লানফম লৈতেং ফিরোই শেৎলুরবগা নিংথৌ মাঙদা থানা ঙাইথম্লরে হায়দবরা? খোঙমী লাম্মী পুম্নমাগুং সেনাপতি হুয়েল লানজিংলেন-মক্তা লেংতিন চৈরোইননা লৈররে। নিংথৌ সেনাপতি লানজিংলেন মহাত্তি মশীঙ হুমফুতরা শুইরে। খোঙমী অথৌলিচা হেম্নাদি কোটি লখা অনিবু মপুম পাঙমদে। লাঙ্গোই মওং য়াম্বা শগোল মচু ওন্থোকপা মখোঙ চীংনুং নোংথাং কুপকুম্বা মশেনবু লাঙ্গোই লখা অনি চৎরে। মচুম য়ারক শিনবা শামু ভাঙজ লুয়েত্তোনবু লোইমোম ফোকোৎ খিনগুম্বা লাঙ্গোই লুয়েন হেনবা মশেনবু হাজার লিশিং চৎরে। পাঙ্গল মঙাল চাউবা লাম্মী অথৌলিচা হেম্না পুম্নমাদো মক্কম লুং-জানবিরু অনি শুনা লুংওন মাক্তা থাগে হায়ববু উনবি লিঙশিং

নৈস্কর্দরবা বিষ্ণু ভক্তি অচেৎপদা লমচৎ মহৌশাবু ওইরবা মশেনলে। মোয়্ ভুজা খৈবিকসুং মথংলেন লাইওইনববু মস্তনা নিপা মীওই চঙ-খোনবা কনাবু চেংলৌ মশীক্ত খঙনরুদয়বী অদুনে। নিংথৌ মদাইরেম প্রধান লুচিংবা পায়মা লৌশিং থোই মকোই পাউনিংশিংনা মালেম লৈবাক কোয়বা কোলোয় মিংনাইবদি ৬ শুইয়ে। চন্দ্রসেন, চন্দ্রকেতু, বক্রদন্ত, চন্দ্রজীর্ত্ত, চন্দ্রধর, চন্দ্রসুন্দর হায়না কৌবা মাখোয় তরুকমা অসিনা হাউশি ঙমগা চিংয়ে। চীংঙু নোংথৌ সরারেনগুম পাঙ্গল মঙাল চাউবা তরুকমা অসিনা নিংথৌ মাঙদা চৎয়ে। হংসধ্বজ রাজা নিংথৌ মপারী মৈরী মানগুম্বসুং মঙা শুইয়ে। সুধন্য হায়না কৌবা পাঙ্গল মঙাল চাউবা দুর্যয় লমকেৎপানচিংনা সুরথ, সুদর্শন, সমদন্ত, সুবল শানৌ মচিল মনাউ মঙামা অসিদা য়াউরৌ শানিংথৌগুম্বা মশেয়ে। নিংথৌ মপারী মঙামা অসিসুং লৈচৈং ফিরোই মতিক শুকপা মশেনবু ঙম্না হুরেল লানপোৎ শেৎলে। তাংজা লুরেস্তোম্বা কিরিট লুহূপ মঙান নাইনা লেমলৈ ঙানিংথোবু শাবা সনা কুণ্ডল মনাশিনা চুপলেন নাম্বহেন্ পুষ্প মালা পরেং লৈগা চোয়নৌ সনা-রিকা পুহান লিক্লাংচানগা থবা ঙঙোইনবগী থবাক মঙমাহ কোলোয় খুৎশি পানেন হৌ শয়াং তাজাউ-শি তানচপ মঙমাই নোপুর খোংশি ময়াঙ-হৌ চোয়নৌ সনা ফুরিৎনা হকচাং পুম্না ঙান লৈতেং মশীং শুনা রথ চুলাইথক্তা লীরুং খুত্তা পায়না চৎয়ে। চনপক নগর খুন-নিংথৌ হংসধবজ নিংথৌরেন মহাক্তি মদাইরেম মালেম লৈবাক কোয়বা হুয়েল লাঞ্জিংলেন পুয়মাগী লানফম লৈতেং পোৎলোই খৈবিকপু শরুক তয়া থোইনা চোয়নৌ সনা ফিরোই নিঙথিববু নিংথৌ হকশাং মঙান-নাইনা শেৎলবগা খুজাই লেংজাউথক্তা তোংখৎলে। লাক্মী কনা কনা অমমমশিংগী মতৌ চঙখোন থোইবা মহাকপু উন্না নিংথৌ সনা উন-কোইপুংবু পুক্লিং হরাউ খোইরে। মতৌ কয়ামরজু সুংঙাই মথৈ লৈতনা হুয়েল লানপোয়ক্তে হায়বগী লানফমখোঙ্শান খোবু তৌখিবদো ঈশ্বর মপুরেলবু চেংলৌ শকউনরঙেনে হায়বগী পুক্লিং হরাউ খোই

নিংথৌ সনা চোঙলেন খানববু খোঙমী অথৌলিচা হেন্নাশিংনা শমু খুৎ-থুম চান্না শারউগনে নিঙজগুম রাজা নিংথৌরেন মহাকম্ভুং কৃষ্ণ সনা মখোঙ-খাবু তানফংজরগুনে হায়রবগীদমক পুন্ননিং হরাউ চঙনা য়াইফ মথোই তোংনবা ব্রাহ্মন মখোঙ-খাদা কাউরেন যনবী য়োংমানবী চাম্নগা সনা খুজোক খুজোক লোয়ননা কৎলম্নবগা খোইমোম মিংলেন শোন্না যাত্রা খোঙশানখিরে। মোম্নু মুজারুপ পুন্নমাম্নুং মরান লোন-ম্নিম য়ায় দগী মপান য়াথোকখিরবগা মুজা কনা অমনা মাপেম লৈপুং-থক্তা কানা য়েংয়ে। মোমনু কনা অমনা শারিক লাইখনম্নুং ফক্লাং লোনচা মিহুৎ য়াৎপা লৈকাই য়ুম্ন্নুম খুদিংগী লৈরক মফম খৈবিক্তা মিৎয়েংশানখৈনরবগা মরা লাই ওইনবদা য়াইফ-রারম অম্নাম্নবু মদোম মদোম রাহমজখিয়ে।

হে স্বামী কোরৌ ইনোংথৌও! লানফম মতিক ওক্না হুয়েল লানশোক্নরক-ও! পাঙ্গল খুৎথুম চন্না ডমজরবম্নুং তাইবং নোংশাপান্দা কোলোয় নমিং চৎগুনে। লানশোক মাইওন্দা লানফম মাইওক য়ানা নোংমনখিরবম্নুং কোরৌ নোংথৌ কাখিগুনে। রারম মতৌ অমম্নুং হন্দক হুয়েল লানশোন্নবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণ শিদবগী সনা খু য়া থম্বাল লৈরু উরুরবদি লেপ্ন য়াইফ নতিক চঙখোনবা মপোক মহয় য়াল্লবা অদুনে। রারম অসি খঙনা লানফম পুকনিং লাইরেক চন্দনা কৃষ্ণ সনা উনকোয়-ম্নুংবু পেম্নবা হুয়েল লানশোন্নরু-ও! য়াথং অসি খৈবিকপু অসুম পাউমেজরবগা মুজা লমচৎ মতুং ইন্না লৈরিক নোং চুথনরবগা য়াইফ মথোই তোংনবা জুগার খোজেল মনিল নাইনা খোংলে হায়দবরা? হরি কোলোয় মমিংথোংবু মুখ চিনবাম্নল তাংজা লৈতোম্নোংনা ফুইনা ফুইনা য়ারা খোজেল মনিমাইনা শোল্লবগী অত্যা নোংলোন থল্লে। ব্রাহ্মন খোইমোম লাইওইনবশিংনম্নুং বেদধ্বনি মরাঙ হৌনা তৌ-থৎলে। বাদ্য যন্ত্র দুন্দুভি পুঙলেন য়াইওইববু রাংলেন মনিমাইনা য়েরে। বাঁশী শিঙ্গা মুরুলি বীণা শেনবুং কর্ত্তান মরাঙ হৌনা লাম্মী অথৌলিচা হেন্না পুন্নমাম্নুং নোংশা লালাউখোনবু য়ারা খোজেল

মনিন্নাইনা লাউথংলে। লাঙ্গোই মোইশান্না কোন্নৌ নোংশাকোনবু লখা লখা চংলিবগী শরিক খোঞেল কন্নামরম্না উনবি পূকনিং শুম্ন থলে। শুপ্না লোইদাম তুমকা থাদা কৌন্নৌ নোংথৌ ঙংবনা মালেম লৈবাক ন্নীক্না তাবহুগুমন্নে। মতৌ অসুম তৌনা লানথী কন্নাথরম্না লীরুং থুত্তা-প্পান্ন কনানা থাঙশাং থুত্তা শূনা চংত্র। থরা কন্নাথরমনা তেন্দোংনম্বো শেলন্নে। কনানা চুঙ্গোই কবাকথাং থুত্তা শূনা চংন্নে। চুলাইরথ তোংনা চংপনা কন্নানে। শুপ্না চনপক নগর মন্নৈবাকী ন্নাংলো লমদাং-শাংবু চিন্না শমু লেংথৈ নমঙাননা চংলকপদি অসুম লৈজহল্লমখিগে।

হংসধ্বজ নিংথৌ মপান্নী সুধন্য যুবরাজ সনা ন্নাপিহল, অর্জ্জুন মাইন্নোকন্নানা হুন্নেল লানশোক্নরুগে হান্নবগী পলেম মথা পোকমাবীবু ভাঙজা লুদ-থোংনা বিদান্ন ন্নাথং লৌক্নবা প্রভাবতি লৈমা মশানৌগী মতু দান অথোইববু ঙাক্না মুংওন পুক্তিন্নরম্বগী ন্নান্নম মতৌ অন্নাম্ববু ন্নাথং পন্নেং শীন্না খজ্রিক্নং তেংথারুখিগে।

সুধন্য লানক্ষম লৈতেং ফিন্নোই শেংনা নিংথৌসনা ন্নোইকোন্মুংবু ন্নাঙ্না চঙখিন্নবগী পলেম শমু মখোঙ-থাদা থুংফাং চাংজো চেপ্না লোন্না হে পলেম ইমা পোকমাবী-ও! লানক্ষম মতৌ ওংম্বাকপদা কৃষ্ণ লোন্ননা মপাতাউ অর্জ্জুন ন্নান্নরা তেলহৈবনী খোন্নমা মাইন্নোক ন্নানা হুন্নেল লানশোক্নরুগে। মঙ্গল ন্নাইফননবা ন্নাথং লনকুবি-ও! হন্দক হুন্নেল লানশোক্নবা অসিদি মহন্ন চুন্না ন্নামগবরা থঙদে। ধ্যান লাই-মিং অন্নাবনা ফংঙমদবা শ্রীকৃষ্ণ মপুন্নেনবু ন্নোন্দনা ভানফংজরুঙেনে। ন্নান্নম অসিগীদমক্না নপান্নী ঐঙোন্দা লানক্ষম ন্নাইফ ন্নাবু বন্ন লনকুবিন্নে। থৌন্নম থীন্না ন্নাবু পুন্না লৈতন্নে, অর্জ্জুন লানশোক চংলগে হান্ননা ন্নাথং লম্নিরুন্নবদা পলেম মমা পোকমাবীনা হে ইপান্নী সুধন্য সনা ন্নাপিহল-ও! নঙন্না পার্থ প্রাঙ্গনববু হুন্নেল লানশোক্নরুগে হান্নরবদি লানশোক্ মতিক ওকপা মহান্না অর্জ্জুন শমু থুংথুম চন্না ঙমজন্নক-ও! অসুম লানক্ষম ঙমজন্নবগা শ্রীকৃষ্ণ শিদববু ফানা পলেম নমা ঐগী সনা ন্নোই-কোনমুংবু ভানা পুন্নক-ও! ভক্তি পূকনিং চৈন্নোন্ননা কৃষ্ণ সনা মখোঙ-থাদা ইন্নাং পুরুমজগে। নারদ মহামুনিন্নেন ভক্ত প্রহ্লাদ

অনিমানা চিংনা চীংগু নোংখৌ সরারেন ব্রহ্মা মহাদেব খোইবোম লৈংনা চিনবা মুনি ঋষি নাকলৌ শীনবা পুন্নমানা উনবি লিতুং লৈতনা নিঙ্কবদা কৃষ্ণ সনা মখোঙথাবু কংওমদবা অদুনে। হন্দক মপোক অসিদুং লক্লেং লাংওন মরকসুং ঈশ্বর সনা মখোঙথাবু হেন্না পাঙ্গল চৈশৌ ওইনবা অমা তৈনা লৈতরে। বসুদেব দৈবকী অনিমানদুম পলেম পম্মৌ ওইবগী শ্রীকৃষ্ণ খোইখোইববু কৈরা তান্না খোংনা তানংকংজেরে। মতৌ করিগীনো? থাল মরৈবাকী গোপ গোপী পুন্নমাদি চীংগু খোইনা লাইবক ফববু মিৎয়েং শানখেও! থ্যান লাইমিৎ অরাবনা কংওমদবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ অখোইববু পুক্লিং অরা লৈতনা কোরৌ নোংজা থুদিংদা শ্রীকৃষ্ণ ঙাইরোইননা শাম্নববু তানকংরে। নন্দ যশোদা অনিমাদুসুং চীংগু খোইনা লাইবক ফবগী মপোক মহন্ খোইনা য়ানববু লেপ্পা ওইরবা অদুনে। মধুপুর পুঙময়োল লমগী রুক্মিনী অহেনবীনচিংনা লৈমা পিশিং তরাতরুকমাসুং ঈশ্বর সনা মখোঙ থাবু খোগল লিতং লৈতনা তানকংজেরে। মরম করিগীদমক চীংগু লাইবক থিবী ঐখোয়দি মাধব শ্রীকৃষ্ণ সনা খুরারেনবু খোগল তান-কংজদবনে ঈশ্বর মতৌ অসিগুম্বসুং পারী শংলৌ নখোরাং পলেম নম্না ঐবু খোগল তানফংহল-ও!

থাইনা লহাননোং ব্রাহ্মন অজামিল কৌবা অমা লৈরময়ে। বামন শমু মহকশাংদো মহা পঞ্চ পাণ্ডব মঙামানাচিংনা পাপ মপৈরা পুন্নমানা শীমা লৈরবা অদুবু অমন থমলৈ কুম্লাইদমগী লোকলেন থরকচিন মালং নোংশিৎহৌ থাম্বী মৈনিনগু লাইজা ইমন্-কা শিংলি পাকন লিংনা খোরী চাকরোৎ ফুনুজিল্লকবগী চেংলৌ মমিৎ উদনা নাকোং খোঙলেন-কুন তাংজা লৈতোল থৎওমদনা চিঙ মন বুথি অহুমম্নাবু উনবি কৎরাগুনশিন্নকবগী কৃষ্ণ কোলোম মমিংখোংনে হায়বরি থঙলুদনা পঙনা মপারী কোলোম মমিংখোংবু নারায়ন হায়রনা কৌওম্বগী পারী মুংশি বানা হে ইপারী নারায়ন মুংচাদব-ও! হায়রনা কোলোম মমিংখোংবু পম্না মুমন থমলৈকুরখিরবদা মুম

খোঙলোই অকনবশিংনা থামল শম্মু মহকশাবু থৌরী মিতমচেৎনা পুক্না মহাকপু বিষ্ণু খোঙলোই অয়াঙবশিংনা থৌরী মিতম থোক্না কোন্নৌ নোংমদোম্না পুখৎখিয়ে। খোইমোম কোলোয় মমিংথোংদু শোক-বদনম্নুং অতুম সংসার থাংমা লায়খিয়ে। শ্রীকৃষ্ণ সনা পুয়া থখান-লৈবু শংশং তানকংজরবদি মহয় কয়াথয়ম্বু ওইশিবনো ? থারম অসিগীদমক্তা হে ইপাম্বী ! পাজল নম্মিলকপ-ও ! নঙবু লানফম খোয়মা নমায় ওন্দনা হুয়েল লানশোক্তুনা কৃষ্ণ শম্মু খুৎথুম চম্মা ফারকপবু লেপ্না ঙম্লক-ও ! লানশোক মাইথোক য়ানা নোংমনথি-রবম্নুং শিংলেন লৈগী চুলাই মক্কবু ছোংনা বৈকুণ্ঠ নোংমদোম্না কাখৎখিয়ে। কোন্নৌ নোংখাঙমাবু য়োম্নবগা বিদ্যাধরী অহেনবী-শিংনম্নুং হয়াউ মথোই ছোংনা কাংহাই ময়েং চুমঙমখে। লানফম য়াইফ থাগী খোইমোম চিঙাক অথোইববু চানা লৈরুইয়ে। থারম মতৌ অমম্নুং অর্জ্জুন থায়রা ভেলহৈবা অদুবু নম্মু মী মচম্মে হায়না নিঙলুগুনো। মীপা মীওই চংখোনবরক্তগী খোইমোম নারায়ন অথোইবা চেংলৌ মশক অয়েপ্পা মহাকপু পুনা পোক্লয়বা অদুনে। লানফম মাইথোক্লনা অর্জ্জুন চেংলৌ শকউমরুরবদা ভক্তি মতৌ অরুকপবু ভৌরুও। হুয়েল লানশোক্লবদি ধনঞ্জয় পাঙ্গনবা মহাকপু শম্মু খুৎথুম চম্মা ঙমজনবা লানফম নমায় লৈগুনো ? মনাই ভক্ত মুংজানবশিংদো মহয় অসুম ওই হায়ববু বেদ শাস্ত্র পুম্নমানা হায়নরিয়ে। থারম অসি খঙ্না লানশোক মাইথোক য়াক্ল-ও অসুম পাউমেল ঙম্নবগী মপাম্বী ম্রধন্য পাজন মথোয়কপনা কেপলেম ইমা পোক-মাবী-ও ! কোলোয় নঙগী নম্নাথং অসিবু লেপ্পা থৌজাল নৈরলকুদা ওইরগুনো। লানফম য়াইথি য়াইফা হায়বদি খোইমোম লাইগী নোংদমনে। কনা খঙলুশিবনো ? থৌরম অমা ওইরবম্নুং পলেম থাথং মথৌজান্দগী কৃষ্ণ সনা পুয়ারেনবু য়োন্দনা তানকংজরুগে হায়না মালেম লৈদা তানা হম্মা হম্মা থরুম্নবগা মথোম পলেম পিমাচা চন্দ্রাবতি হায়না কৌবি অদুগী মমান লোনয়ময়াইগীবু চেংলৌ মিৎকুপ মরম থাঙনা

ইন্দ্রানখিরে। হে ইযোম পলেম ইমা পোকমাবী মহাক্তা লৈরাং মতম মায়বী-
ও। নত্তনিংথৌ ঐবু পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবগা ছয়েল লানশোক্ত্রগে লানফম
য়াইফননবা থৌজাল নরলকুবু পিনৌ-ও হায়না স্থধন্য খুৎকাং চাঙজৌ
চেপ্পা-লোন মালেম লম্বদা পক্সা পুরুম্ন্ রবগী চন্দ্রাবতি লমচৎ মতৌ চঙ-
খোনবীনা হে ইত্তনিংথৌ নঙগী কোলোয় নম্বাথংবু নাত্তাবদা নঙগী
চীংঙু লাহবক কববু লেপ্পা ওইরবা অত্তুনে। মীপা মীওই চঙখোনবা
ধনঞ্জয় পাঙ্গনবগা ছয়েল লানশোক্ত্রুবদা কৃষ্ণ সনা মখোঙ-থাবু য়োন্দনা
তানফংল্লুরো! নমোয় চীংঙু লাইবক থিরবী ঐদি থৌরম লৈবা
খৈবিক্তা মুংঙাই পুক্লিং চঙ্‌ববু পুম্না লৈতরবি অত্তুনে। কৃষ্ণ সনা
খুম্না থম্বাল লৈবুদি নমদা হম্না পঙ্খৌ লৌশিং বাথল করিঙম্বদগী কাশি
খুননিংথৌদা ইরান জুহোং খোংথোংবিরে। হে ইত্তনিংথৌ স্থধন্য পাঙ্গন
নথোক্লকপা নঙদি হন্দক ছয়েল লানশোক্লবা অসিদা লানফম নমায়
ওন্দনা য়াইফ মিংলেন চৎপবু লেপ্পা তানফংলক-ও হায়না মমোম
ভগ্নি লৌশিংবীনা অসূম বর লনকুবিরবগী স্থধন্য লানফম মম্নিল্লকপদি
মমোমবু শম্ন মখূৎলোম্না খুরুম্লম্নবগা থিংলৌ অমরক নিঙনা তেনা মরান
লোনথিম য়ায়দা চংচিনখিয়ে মতম অসূম ওইরিঙৈদা লৈমা মশানৌ
প্রভাবতি হায়না কৌবী খোইমোম বিধি নোংদম্বা মহাকপু পুনা মশক
চঙখোন থোক্তনা বায়েল নোংদম ওইরকপী স্বামী কোরৌ মনোংথৌবু
তম্না চাকেন ওইনবি অত্তনা নিংথৌ মচা মশাবীগী লানফম য়াইফনবা
শঙ্কর মহাদেব ভবানী লাইরৈমাবু ধাউবৈ মৈরা মঙ ম্নাই ধুপ মেক্রুক
কাম্না-ঈক হয়রাং মথোন-তয় শিংলেন চন্দন লৈথুংশিগা লৈরাং ঙংগোই
হাপ ভক্তি পুক্লিং চৈরোইননা বর লনকুনিংঙম্ববু ইরাৎ পুরুম লোই-
রবগী বিন্দ মণ্ডির হায়না কৌবা থোইমোম লাইশঙতুংগী থোক্লকপদা
থঙলৌদনা স্বামী কোরৌ মনোংথোগা চেংলৌ শকউনক্লরে। রারম
মতৌ অমস্তং প্রভাবতি লৈমা মশানৌদো কোরৌ অত্ত মুমিৎমাদা
ঋতুস্নান তৌনা চৈরৈ ফিশেংঙম্বগী মায়থোং মপুং-কা চেংলৌ শকওং
মঙাম্নাই পঞ্চবান মঙামাবু থোক্লা নিঙথি মীপুম হূবিবু ওইরবি অত্তুনে।

লৈমা মশানৌস্ন চরিত্র লমচৎ মত্তৌ চঙখোনবী অদুনা মচিল মোমোন নোয়া রাহমখিয়ে।

হে প্রাণনাথ! অরোইব ও! নঙনা নিঙত্তে অমরক হলরাইরকপা অসিবু পুজা চীংঙু খোইনা লাইবক ফরবী অদুনে। কোরৌ অসি সুমিৎমাদা ঋতুদান চঙখোনবা মহাকপু লেপ্পা ওইরে হে মহাবত্ অখোইব ও নঙ্না ঋতু রক্ষা নমদা হুন্না করম হুয়েল লানচংথিগবনো নপারী সুংজানবা অমত্তবু নাউনৌনবা গর্ভদান অখোইববু পীবয়বদি লানফম ভমথিবদা য়াইফ মি'লেন চৎপবু ভানফংয়ে। পাবী চেংলৌ শকশিন্নবা অমবু সুংওন নাক্তা থারবদি মাংথি রারৈচেনবা নরক লৈখাতাবা মহাক্লবু চেংলৌ শকউদনা মাঙখিরবা অদুনে। 'সিদ্ধকর্ম্ম থোদা লাইজা খুজোক অমগা বিন্দুদান মতুম্মাগা পীনবনা পলেম পন্থৌ অমন খমলৈ কুমখিরবশিংনা উনবি পুক্লিং পেম্নেয়ে। রারম অসি খঙনা গর্ভদান্ অখোইববু পীনরম্ ও! উনবি পুক্লিং য়াংবগী কোলোয় পাউমেন রাবু নত্তে' স্বামী লাইওইবা নঙবু হেন্না, ভনবা মীওইবা চঙ্খোনবা অভৈ কনাগুম্বা অমবু ইসুং খোমলেন মঙলান চান মহাক্তবু উরুদরবী অঠনে। ঋতুদান অখোইবব্ পীনবদা খোই-মোম ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর অমনচিংনা মুগিন্দ্র মুনিন্দ্র পুন্নমাস্তুং চী'ঙু লাইগী লুপ য়াউরৌ-শা পোনবি উচেক পামেল উন্না খোয়মা নাপি শিঙবী ভিনবী লুনাইদবা হন্নিং খোইনাউরোই লাংবন কোজেং চোংবিশা রাহি মুতু হারৌ ককচেং খোইন্না অচৎ অয়েপ পুন্নমাগী লমচৎ মহৌশানে। কামরস অখোইববু শমু মহকশাংদা পক্তরবশিংনচুম দান মত্তৌ অসিগুম্ববু পিনরোইদবমনভাই। হে স্বামী কোরৌ ইনোংথৌও নঙবু পুক্লিং চিংনা লৈরুগুনো হায়না কোলোয় ময়াথং নাভারবদা মশাবী সুধন্য লৌশিং মথোক্লকপনা হে প্রভাবতি লৈমা ইশানৌ। প্রিয়া চায়-থোইবী-ও নঙগী য়াথং নপাউমেন অসিবু রারম অওক মহাকনে। ভৌয়িগুম অর্জ্জুন লানফম মায়য়োক য়ানা লানশোক খনঙমলুরবগা গর্ভদান অখোইববু পীনা বিবেক হায়না কোববু পারী

মু'চানবা অমবু য়োন্দনা তানকংজহনগে হায়রবদা হে প্রাণনাথ অরোইব-ও! য়াথং মতিক ওক্তববু করি পাউমেল্লিবনো মহাদেব লাইরি'থোবু শমু খুৎথুম চন্না ঙমজবা অর্জুন হেলহৈবনে। শ্রীহরি অথোইবমুং য়াউরক্লবা লানফম মরানথোঙদগী অমরক হনরাইরক্লৈঙেনে হায়ববু পুক্লিং কনা থাজরসিবনো? অমুম পাউমেল্লবদা সুধন্য পাঙ্গনবনা ঈশ্বর সনা মথোঙ খাবু উনা থোগল তানকংজরৈঙেনে হায়ববু চেং'লো মাঙদা থানা লৈরবদা পান্নী মুংজানববু নাউনোবা ইরল পুকৈ থনবা পুন্নমা অসি খৈবিকপু থোরম কদোনসিবনো? লৈরাং অতিংঙা মশেন্নে। অপাম পুক্লিং চঙ্না করিগী য়াহমলিবনো হায়রবদা কে স্বামী কোরৌ ইনোংথোও নঙগী কোলোয় নয়াথংবু নাত্তাবদা পুক্লিং ঐবু অঙক চঙলে। মহেশ্বর মহাদেবনচিংবা চীংঙু ইন্দ্র সবারেন ব্রহ্মা প্রজাপতি মুনি ঋষি লেংনা তিনবা উনবি পুক পাঙলবা পুন্নমা অসি খৈবিকমুং মহামায়া অথোইবদা ঙম্না উনবি পুকনিং তপঙমদবা অদুনে। খোইরোম লাই অসিশিংনমুং মপারী মু'চানববু পোক্লা কোলোয় মিংলেন চৎনরিয়ে। অতৈ কনা কনাশিংবু দি য়াথং করি হায়রুশিবনো। তাইবং মশীঙ লাকঙমদবা পুন্নমাগী মবুংহে। কৃষ্ণ লাইমকদনমুং মপারীবু নাউনোয়ে।

অমুম য়াহন্নবদা হে প্রভাবতি ইশানৌ-ও! ঐমু ঋতুদান অথোইবনু খোয়মা নমমুক্লনা হুন্দোক্কে হায়বগী য়াথং পাউমেন য়াদিনত্তে হৌজিক মতম অসিদা ইপন রাজা নিংথৌরেল হমু ময়াই কারবানচিংনা মালেম লৈবাক পুন্নমাবু হুয়েল লানচৎথিরবদা ঐনা লানফম খোঙশান থীল্লবদি নিংথৌ সনা উনকোইমুংদা পুকনিং থোক্কনা অরা চঙলৈঙেনে। থোরম মতৌ অমমুং য়াশক য়াথং হেন্না থোইদিং মথায়ররম্বু লানচৎ খোঙশাল থীল্লবদি থাং কম্বি মৈশাথক্তা হুম্বনসি হায়বা নিংথৌ দণ্ডি য়ারক অরুম্বমুং লেপ্না লৈরিবা অদুনে। য়াংলেন পুংজা খিনববু নাতারবদা মরাল লোনয়ুম য়ায়দা কনা লৈরগবনো য়ারম অসিগীদমক্তা লানশোক খুনঙম লুরবদা পুকনিং

চিংন লৈভনা গর্ভদান অথোইববু য়োম্মনা শমু খুৎশিন্নরগে। উনবি পূকনিং শেংবী লমচৎ মতৌ চঙ্খোনবীশিংনদি মরাল লোনমম থোদা পূকনিং কনা পয়া-যাবু লৈহলয়ে হায়বনো? কোলোয় নঙগী নয়াথংদুম লানফম য়াইফননবা য়াথং লনকুবিয়ো হায়না পাউমেল্লবদা হে ইবুংঙো নিংথৌমচা সনা রাপিহল। হকশাং পাঙ্গল নথোক্লকপ-ও। নঙগী থমোই লৈকান্নুংদা লৌশিং বাথল লৈভরে। গর্ভদান অথোই-ববু পিরমদনা হুয়েল লানশোক্লরুরবদি থৌরম করিগুম্বদা লানফম য়াইফনগবনো? ঐদি মোমসু সুজা ওইবিনে য়াথং করি পাউমেন সিবনো? গর্ভদান অমবু মাঙহল্লবদি ব্রহ্ম অথোইবা মহাকপু য়াইবি থরাই হাৎপা মওইরে। হায়না শাস্ত্র লাইরিকসুংদা লৈরিবা রারম অয়াম্বাস্নং শ্বামী কোরৌ ইনোংথৌ নঙনা মথঙলিবা অদুনে। থৌরম মতৌ অমসুং কোয়ৌ সুমিৎমাদা একাদশী ভরা চাহেন অকবনে। পস্থৌ মপা মপুশিংগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম অচেৎপনে। ঋতু রক্ষা অথোইবা নহাক্কা চাকহেন হুন্দোকফদবা অনিমা অসিবু ওইরবদি থৌরম মশৌ করম্ববু হায়া হেনগবনো? ঋতুদান অকযবু হুন্দোক্লবসুং ব্রহ্ম হাৎপা পাপ্প মওইরে। শ্রাদ্ধদান অথোইববু পিত্রবসুং পিতৃলোক থমলৈ কুমথিরবশিংগী মীচৈ অকম্ববু হেনথোকফরয়োই। একাদশী ভরা চাহেন ভোদহীক্লবসুং মহাপাপ্প মওইরে হায়রিবা থৌরম মতৌ অহুম্মা অসিবু মতৌ বরম্ববু শমু নমদা হুয়া থৌরম অচেৎপা করম্ববু ভোগবনো? য়াথং নপাউমেন্না হায়বিও হায়রবদা সুধন্য পাউথুম লৈনিং হৈবনা হে প্রিয়া চান্নবীও। চাকহেন শরুবা অহুম্মা অসিবু থৌরম হুন্দোক লৈভনা মতৌঙৈনে। হায়া শ্রদ্ধ কর্ম্ম ভোনা পিণ্ডদান অথোইববু নাভোল মালং নোংশিৎ থোঙ মনম সুংশিৎ থোঙ মনম সুংশি রাচুম ভোন্দ নয়বগা একাদশী ভরা চাহেনঙৈনে। থৌরম অসি মতুংদা ঋতুরক্ষা অচেৎপবু ঙাকঙৈনে হায়না কোলেয় মপাউ-থুম্ব নাভায়বদা প্রভাবতি লৈমা মশানৌদি য়াথং মোমোন নোক্লা হে প্রাণনাথ অরোইব-ও। কোলোয় নপাউভাক অসিদগী থৌরম অক-

থোইবা মহাকপু লেপ্পা খঙজরে। চাকহেন হুন্দোককদরবা অহুম্মাদি ওইদরিয়ে। কোয়ৌ অসি মুমিৎমাদি ঋতুদান অথোইবদনঙাইরিবা অদুনে হায়না লৈমা পানবোম থম্বৌ লয়রায়োনগুম্বীনা কলপবৃক্ষ পামেল উপুনশিদা উরা খাঙয়েৎনবগুম নশাবী নিংথৌমচা নিংথিবগী খোয়ী ঙকোই-চেংদা পাঙ্গল খুৎঙম থি পুকনিং ময়াই কাববু চৈয়োয়ননা কোম্লুরবগী সুধন্য পাঙ্গল মথোক্লকপাদি পুকনিং ইয়ৈচম্না চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা লৈমা মশানৌবু ঙাইরোইননা মুংওল য়াভাশঙ্দা চঙ্খিরবগা নিঙথি হয়েং লৈওংনা লৈ সনা মোইতারিসুং চিন্না চেক্লা পেনাৎ লিয়েৎনা খুনু লুমথিৎ চিরোন চনবদুগুম্বু লৈরাং হেকমাই কানা মুংওল লিতিন্নরে হায়দবরা? কনানা সুধন্য উনবি পুকনিং য়াংবনে হায়না নিঙলুগনো। ধর্ম্ম শাস্ত্র য়েংনা ঋতুদান অচেৎপবু পিখিবনে। যোগী সন্যাসি মুনিঋষি লেংনা তিনবা পুন্নমাসুং মায়া ঙমফদবা মহাত্মা কনা উনবি পুকনিং তপঙমদবা অদুনে। সুধন্য লাংচেং মথোক্লকপদি উনবি পুকনিং য়াংবগী মায়া খুৎথুম চনখিববু মত্তে। গর্ভদান অরুববু থোয়মা মম্মুরকফদবগী তৌশিক্লনে। জৈ মহামুনিয়েম্না পাউমেনখিয়ে।

হে জন্মেজয় নিংথৌয়েল-ও! রায়ম মতৌ অসিবু পুকনিং থাজ থোইনা নাঙাজৌও! অশ্বমেধ পুন্ন রায়ম অচেৎপা অসিবু অসুম উনবি পুকনিং পীনা নাতাজরবদি পাপ মপৈ য়াম্বা পুন্নমানা মদোম থাপ্পা মাঙজখিয়ে। য়াথং রাহায় খুদিংদসুং কৃষ্ণ মতৌ ওস্নোকপা রাং-ঙাবু ওইরিবা অদুনে।

সম্ভিবর সেনগী মপারী গঙ্গাদাস লৌশিংবনা পয়ার মীয়োল ওইনা লেংলম শৈশনে। হে নমু মীওই চঙখোনবশিং-ও নঙথোয়দি নচিল হরি হরি রাম শোম্না নাতাবিয়ো।

জয় য়াইফা থোইনা বনমালি শ্রীকৃষ্ণ নিঙথিববু তাঙজা লুদা থোংনা হম্না হমা খুজম্নবগা থৌরম অসিমতংগী রায়ম অয়াম্বু তেংথাজ-রককে। মতৌ অসুম তৌনা জন্মেজয় নিংথৌ য়াথং মপাউহংদগী থাম্বী মৈয়ী মঙম মানগুম্বা জৈ মহা মুনিয়েম্না রাহমখিয়ে।

হে পরিক্ষিৎ নিংথৌ মপারী-ও! থৌরম অসি মথঙ্গী ব্রারম মতৌ অয়াম্ববু উনবি পূকনিং পীনা নাত্তাউ-ও।

সুধন্য পাঙ্গল মথোক্লকপদি লৈরাং হেকমায় লীতিনশঙদগী মপানং য়াথোক্লবগা মনম নুংশি থোইনা লাইজ্ঞা ইরিক্লাইনা ইরু শান্দেংলবদা প্রভাবতি লৈমা মশানৌনা লানফম লৈতেং ফিরোই শেৎহল্লবগা শগু মথুৎ লোয়া পাউমেজ্ঞখিয়ে। —

হে প্রাণনাথ অরোইব-ও! মতম লৈবা থৈবিক্তা শ্রীকৃষ্ণ শিদববু পূকনিং থৌকাউ লৈতনা নিঙশিংজো-ও। লানফম তমথিবদসুং থোয়মা নমায় লয়্‌গুনো হায়না রাহমজরবগা স্বামী কোরৌ মনোংথোগী থোগল মতিক ওকপবু তৌনা সনা গ্বাকোক-নুংদা পানা থম্ম শেম্লবগা শিংলেন মালা পরেং লৈবু লৈরাং ঙংকোই লোয়ননা মশাবী নিংথৌমচা সনা মথোঙ থাদা কৎচরে। সুধন্য ককশাং পাঙ্গল মরিল্লকপদি লানপোৎ মশীঙ শুনা নপুর খোঙশিথোন শয়াং তাঞ্জাউ-শি তানচপ্ মঙাম্মাইনা তাংজা লুরেন্তোন্দা চোয়নৌ সনা লুহুপ্পবু লুহুপ মঙাম্মাইনা উবনে। সনা লুহুপথক্তা পশোৎ কোনয়া তক পগী ফাকুম্মী কোকশেৎ মচি-ন্নাং নাম্না কোম্বোল্লম অনিমাদা নায়ান চেংলৌ মিৎপু-লং নিংথৌ মচা মতিক্কী অলঙ্কার পোৎলোই মশীঙ শুনা অসুম লৈতেংলবগা লানফম ফুরিৎ মঙাল নাইনা সনা তেন্দোং নমদা হুন লিরুং থুত্তা পায়না মালং নোংলৈ য়াঙগুম রথ ডুলাইথক্তা তোংনা চৎখিরে। মপল হংসধ্বজ নিংথৌরেম্বদি লানফম তেঙ্গোল্লক্তা মদাইরেম লাম্মী অথৌনিচা হেপ্পা হুয়েল লানশোক ফমদা লাক্তববু কনা কনাগুম্বনো হায়না নমু মীপুম পানা য়েংলকপবু নিংথৌ মপারী সুধন্য সনা বাপিহলবু চেংলৌ মিৎ-থিংতরবগী য়াইবি কপহৌ-নীক্লা পাউমেল্লকলে।

সুধন্য ইপারীবু মতৌ করিগীনো? উনবি পূকনিং মাংলবগী লানফম তেঙ্গোম্নুং অসিদা মরান লোনয়ুম য়ায়দগী হুয়েল লানজংলক্তবরা? থাং কম্বী মৈশাথক্তা হুম্বনসে হায়না য়াথং বাশক্লববু উনবি নিংশিংদয়বরা? মতৌ করিগীনো? পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈববু

লানফম নাক্তা থানা লৈৱবা অসিদা হুয়েল লানশোক্লগে হায়ৱবু নিশিংদনা মৱাল লোনয়িম য়ায়দগী লানফম খোঙশানলক্কুৱবদি ক্ষেত্রি ধর্ম্ম মাঙ্হনববু লেপ্না ওইৱবা অদুনে। লানশোক মায়য়োক য়াদনা লানফম খোয়মা মমায় ওল্লবদি শাগৈ লেংনা ভিনবৱক্তগী থাম্বী মৈভান শীগুল্লবা অদুনে। মাদি ইদাইৱেম চনপক নগর মালেম লৈবাক পুম্নমাবু হান্না লানফম মাঙদা থানদুম চৎঙৈনে হায়না নিংথৌ য়াইবি কলহৌ নক্লা ইদাইৱেম খোঙলোই পাউপুয়াঙশিং-ও! নঙখোয় ভৱেৎ মঙা চৎনা ইপারী সুধন্য মথোকলকপবু পাঙ্গল থুৎঙম থি পৱৈ লানশা পুম্না নিংথৌ ইমাঙ শংশংবদ য়াঙ্না পুৱক ও! হায়না পাউমেল্লবগী মদাইৱেম খোঙলোয় পাঙ্গনবশিংস্তুং য়োৎশূক শমু থূত্তা পায়্না য়াঙ্না য়াঙ্না ইন্দানখিববু সুধন্য পাঙ্গল মখিল্লকপস্তুং ৱথ ভুলাই খোঙওইননা লাক্লবগী য়াংলৌ লমথাংমাদা লমওৱকুৱবদা খোঙলোয় পাউপুয়াঙ অদুশিংনা নিংথৌ য়াইবি কলহৌ নীকপগী য়াথং মতুং ইম্না কোলোয় শাউনা পাউমেল্লুইয়ে।

হে নিংথৌ মপারী-ও! নঙবু হুয়েল লানশোক্লগে ভৌবদা কৱিগী লানফম খোঙশান থিল্লকপনো? নদাইৱেম ৱথ ভুলাই ভোংবা লাঙ্গোই শগোল শাম্নু ভোংবা খোঙমী অথৌলিচা হেপ্না শানৌ নচিল ননাউ সেনা লাঞ্চিংলেন পূম্নমাস্তুং নপল ৱাজা নিংথৌৱেম্নচিংনা ঙম্না লানফম ভেঙ্গোম্নুংদা লৈৱবদা নঙদি কৱিগী লানফম মাঙওই লাক্তনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু মাঙহল্লবনো। নিংথৌ মপারী পাঙ্গল মপা ভাম্বা মঙনদি থৌৱম মভিক ওইদব। অসূম্ববু কৱিগী ভৌৱিবনো? য়াথং ৱাশক্লবস্তুং পুকনিং শোঙকি লৈতনা নৱাল লোনম্নিময়ায়দা কৱম লৈঙম্বনো? কোৱৌ অসি মুমিৎমাদি নংগী পায়মা উনকোয়সুংদা খঙ্জৱো নিংথৌ সনা ময়াথংবু থাম্বী মৈশাথক্তা হুম্বসে হায়ৱোৱে। বাৱম মতৌ অমস্তুং নিংথৌ কোলোয় ময়াথংনে। পুকনিং চিংন-থৌবু কৱি লৈতে। পাঙ্গল থুংঙম-থি

পরৈ নঙবু লানশা পুয়া পুরকও হায়রকয়ে। অশূম পাউমেল্লুরবদা সুধন্য পাঙ্গল মথোক্লকপদি নিংথৌ সনা ময়াথংবু লেপ্পা ওইরে হায়-ববু শংশং তাঙনা খঙ্লবগী পুকনিং শোঙকি চঙবনা চেংলৌ মায়থোংমক উনবি ইরৈ চয়া নিঙখঞ্জখিয়ে।

হে ঈশ্বর কৃষ্ণ থোইখোইব ও! থোরম রাচুম অরেপ্পনে। পুকনিং লোইনা খোয়ববু নঙে হায়বগী লানফম খোঙ্শান থিল্লকপা অসিবু করিগী থোরম ওয় ভয়্নবগুম ওইরবনো হায়না নিঙখঞ্জরবগা তেন্দোং নমদা হুন লৌরুং খুত্তা পায়না য়াঃনা দুলাই শাথৌজিনখিরবগা নিংথৌ মাঙদা থানা লেপ্লুরে। মপল রাজা নিংথৌরেন্দি সুধন্য চেংলৌ মশক উবদা পুকনিং কঞ্জাউ থোইবনা চকমোম লম্মে চাকপদুগুমলে। কেশরী নোংশা খাংনৌবনা গজেন্দ্রো লাঙ্গোই মোইশায়াবু উবা মতৌ পান্দমদুগুম্না চেংলৌ মমিৎ খানা য়েংনা পাউমেল্লকয়ে।

হে ইপারী! উনবি পুক্লিং মাঙ্লব ও নঙবু! লানফম মতৌ অসি খঙ্গুম্বদা লানচৎ খোঙশাল্লক্না নরাল লোনয়িম য়ায়দা করব লৈঙম্বনো? ঐনা উননি পুক্লিং খঙলে। নঙবু পাঙ্গল মপা তাময়ে হায়রিবা থোরম পুন্নমাদো লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে। লানশোক মতম ওইরববু লানফম লম্মুক্লবদি শাগৈ লেংনা ভিনবরক্তগী খাম্বী মৈতাল-শীবগুম্নবা অদুনে। নিংথৌ ঐগী ঔরস অথোইবদগী পাটেশ্বরী পলেম নমা পোকমাবীনা করম নাউনৌরবনো? পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈববু লান-ফম য়ায়দা লৈরবা শ্রীকৃষ্ণ মপুরেনসুং অর্জ্জুন নাক্তা মরাক্লৈঙনে হায়ববু খঙ্না নংগী নরাল লোনয়িম য়ায়দা করম লৈঙম্বনো? কৃষ্ণ সনা মখোঙথাবু উনিংদবা লানফম ধর্ম্ম অথোইববু কায়হনবা হে নমু মীচম্থি অতোনবা নঙগুম্ববু করম নিংথৌ ইপারীবু ওইরবনো? লমচৎ নত্তৌ থীববু খঙলে। লানফম মৈশা লাংববু পুক্লিং শোঙকি চঙববু মবোইরে। ক্ষেত্রি শাগৈ ওইনা পোক্লরবদি লানশোক মায়য়োক য়ানা নোংমল্লবসুং কোরৌ নোংথৌ কাইঙনে। লানফম থৃৎথুম চয়া ঙমজরবসুং ভাইবং নোংশ.পান্দা কোলোয় মিংলেন চৎঙৈনে হায়না অসুম নিংথৌ সনা

ময়াথংবু খাম্বী মৈশা লাংগুম তিলাং মখোয় শাউনা পাউমেনববু নাতারবদা মপারী সুধন্ব পাঙ্গল মখোল্লকপনা খুৎফাং চাংজৌ চেপ্নালোন ভক্তি-মতৌ অনোনববু চয়্রোয়ননা হে নরেশ্বর মহারাজা নিংথৌরেন-ও! য়াথং য়াশক কায়হনবা লানশোক শোঙকি চঙবা কৃষ্ণ সনা খুঢ়া থম্বাল লৈকু উনিংদবা ময়ম অসি থৈবিকপু খনবিরুগুনো! ক্ষেত্রি শাগৈ ওইনা পোল্লরবদা হুয়েল লানশোল্লববু পুক্লিং অকি চঙ্বা হায়বদি ইমুং খোয়েন মংলানচান মহাক্তবু উরুদরিয়ে। লানকম খোঙশানগে হায়না তৌরিগৈগদা উনবি ঐগী পুক্লিং অয়াংবস্তুং নত্তনা খোইমোম লাইগী নোংদম ইরৈবু ওইশীক্লা? লোইদাম থা ইহুল্লে কোয়ৌ নোংশিং চাসুরৈবু শিংলেন লৈমায়-হুই লৈয়াং-মমায় ওম্না চৈরৈ ফিশেং নোংবু খোল্লবগী ভিল খোইদিং মথমদবু লানকম খোঙশান কোল্লক্লে। খোরম অসি নওনা অতৈ করিগুম্বা অমগী য়াথং মিনম য়াবু ওইরবদি খোই-মোম ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর মাশেম লৈখায়োন কোয়ৌ নোংমদোন তাইবং নোংশাপান মরোল অগুম্মানস্তুং খাম্বী মৈতংবেং লাইজা ইরিকলাই মালং নোংশিৎ অকনবা পুম্নমা অসি খেবিক্লা নদাইরেম ঐগীদমকপু সাক্ষি ব'চুম পিরগুনো! চৌংঙ্ লেংনা তিনবা অসি থৈবিকপু শুনা খণ্ডহৈবা ঈশ্বর নোংদম মপুয়েন শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবা মহাক্লা য়াচুম-বিরগু'না অসিনস্তুং মদোমদে। কোরি খাংগী কম্বি মৈশা থক্তা খাম্বী মৈনা চাকগুনো হায়না সুধন্য য়াচম মতিক্ ওক্লা পাউখুমজববু নিংথৌ কঞ্জাউ মৈচাক তেম্বিদনা অমরক পাউমেন হৌরকয়ে। নঙগী কোলোয় নয়াথং অসিবু নহাক নদোম্মগী লঙজ শেংনবা পঙনা য়াথং পাউমেজ্জবনরিগৈঙে। পায়মা ঐগী উনকোয়নুংদা পুক্লিং থাজ লৈরুদে। য়াশক য়াথং হৌনববু কায়করোইয়ে। কম্বী মৈশাথক্তা মহুম্বগৈঙেনে। কে য়ৌ গুমিৎ কদোনোংদা নত্তৌ নরমচৎ অসিগুম্ববু কনা তৌথিদরিয়ে হায়না নিংথৌ তিলাং মখোয় শাউববু লৎপিদনা ব্রাহ্মণ শংখোলিদ্ধ অনিমাগী বামন য়াথং লৌক্লও হায়না খোঙলোয় য়াঙনা থৌশীথোকখিয়ে। ব্রাহ্মন লাই'ওইনবা অনিমাদা উনবি পুক্লিং তগ্না মমান্ লোনমিমমায়দা

থেদ লাইৱিক থীনা লৈঙখয়ে। নিংথৌ মদাইৱেম খোঙলোয় পাউঁপু-য়াঙনা বামন মাঙদা লেপনা হে ব্ৰাহ্মণ লাইওইনব-ও! উনবি পুৱিং ভপনা নাত্তাবি-ও! নিংথৌ সনা য়াথ'লেননে। মপারী সুধন্য পাঙ্গথবনা কৌৱো অসি মুমিৎখাদা প্ৰতিজ্ঞা ৱাশক হেন্দোকলে। খোইমোম লাইগী নো'দমা করম থোকপনো? লানকম খোঙশাল্লাইদমদা লৈমা মশানৌৱা চৈৱৈ কিশেং নোংবু থোক্লবগী ঋতুদান অচেৎপবু খোয়মা নম্মুক্লঙমদবনা লৈমা থৌখাম ময়াথংনা ঙমজবগী য়াথং ৱাশক কায়না লানচঃ খোঙশান কোল্লকলে। থৌরম মতৌ করম তৌও হায়বনো হায়না রাজা নি'থৌৱেম্মা য়াথং পাউহংহল্লকয়ে। ঙসুম লানকম র'থোক ওইরোৱে। হে ব্ৰাহ্মন খোইমোম লাইবু নিঙব-ও! কোলোয় য়াথং মতিক ওকপবু থাবিৱো হায়না খোঙলোয় মপাউমেনবু নাত্তাবদা বামন লাইওইনবা অনিমাদি য়াইবি কলহৌ নীঙ্গা পাউথুল্লকয়ে। য়াথং মিনম হায়না কোলোয় পাউহংহল্লবা অসিবু কৱিগীনো? খঙলে নি'থৌ মৱমচৎ অসিবু ৱাশক মাঙওইনখিবদো থৌরম অৱেম্বু ওইৱবা অত্তনে। নি'থৌ মপারীবু দণ্ডি ৱারকলাইদমদা ৱায়েল নিয়ম অচেৎপবু শমূ নমদা গুল্লা কোলে'য় অমরক হল্লা পাউহংহল্লবা অসিবু উনবি পূকনিং চুমদনা য়াৎং ৱাপৈ হায়বা নত্তবা? রাজা নিংথৌৱেনগী শাগৈ মচেংপাচামা মপারী মনোংয়াই মরুপ খোঞ্জাল লিতিম্লবা মঙাই ঙাইরংচান অচেৎপা পুম্নমা অসি থৈবিকপু ওইরবমুং য়াথং য়াশক্লবু কায়হল্লবদি অমরক লৌশিং মৱোল য়াম্না নিঙথনহৌৱগুমুসে হায়বা নত্তবা? কোলোয় পাউহংহল্লবা অসিবু পাম্দম মপা খঙলে। নিংথৌ মপারীবু দণ্ডি ৱারক কনগে হায়বান-ৱিতৈনে।

থাইনা লহান মাঙদা মুমিৎ শাগৈৱেন্দা পোক্লকপা হরিশ্চন্দ্ৰ কৌবা নিংথৌবু লৈৱময়ে। য়াথং ৱাশক কিবগী বিশ্বামিত্ৰ মুনিৱেন্দা লৈথাক খুৎশিন্নৱম্নবগা নিংথৌ লৌনম মহৌ ওম্না য়াউৱো শাদান চৎকে হায়শিন্নবা খোয়বা নারক চঙথিয়ে। নিংথৌ পোৎলোই অয়াম্বু জদদা

ইম্মা সনা মহকশাং পাটেশ্বরী লৈমা মশানৌগা মপারী মুংজানবা অমদগা চাইরোইননা খোয়মা নাপিরকপু য়োরবগা পাবেল উকু শেৎ গঙ্গা মপাল ইম্মা চৎখিববু তম্বা চাপুক লাম্বা লাইজা ইথৌ লাংবা থৈবিকপু লাম্নবস্তুং পুকনিং অপন লৈতে। অম্বা ইশৌ লাংলবদা থোইরোম লাইবু নিঙবা উনবি ধ্যান তৌবতুম মতিক মতিক খোইনা চাউথৎলকয়ে। খোরম অসি মতুংদা লৈমা মশানৌসুং মপারী মুংজান-বসুং মমঙ্গ মতিক লৌনা য়োঙ্করে। নিংথৌ মহাক মদোম্মাসুং য়োঙ্করে মতৌ অসূম তৌনা মথং মথং মমল মতিক লৌরবগা গঙ্গা লাইজ মপান ইম্মা লৈঙম্বা ব্রাহ্মন খোইমোম লাইপনবশিংদা শরুক কোঙ্গায়মানা দাণ দক্ষিণা পীনরে। মমল কোঙ্গায়মানদি যজ্ঞ মণ্ডম তৌনৈরে। মণ্ডম অসুম ওইরিঙৈদা নিংথৌ মপারীবু তাংজ লিললা চৌক্রা অমন্ থমলৈ কুম্নববু চেংলৌ মিৎথিলবদসুং হরিশ্চন্দ্র নিংথৌরেন্দি পায়মা উনকোয়সুংদা উনবি অম্বা চঙলুকে। মহাক মদোম মদোম্মগী খোরম হৌনোকফদবা মহম্নবু খোইমোম বিধি নোংদম্বনা মচাহল্লিয়ে হায়না পায়মা উনকোয়সুংদা অসূম নিংখস্লোকখি। তাইবং নম্ পো বু ওইনা পোক্লয়বদি মাগী মাগী থোরম মতুংইম্না মচৎখিবা অডনে। কোয়ৌ অসি মুমিৎমাদা নিংথৌ ইপারীবু তাংজ লিললা চৌক্রা অমম থমলৈ কুমখিদরবসুং চাহৈ চাম্মাসুংদা কোয়ৌ নোঙ্গাখিগে তৌববু মরৈরবা অড়নে। মরম অসিমক্লা বিধি নো দম্বনা চিঞ্জাক মতিক ওকপবু চাহল্লি। করিগী অম্বা পুকনিং চঙলুনডাই লৈতে হায়না পারী মুংশি রাবু হরিশ্চন্দ্র নিংথৌরেনদো শম্ নমদা হুম্না ইনথোকখিয়ে। অসুম অম্বা মৈশা ফংলবা মহাকপু নিংথৌ সত্য রাশক কায়হল্লমদে, অডসুং মদোমদে অযোধ্যা লৈমাবা দশরথ নিংথৌরেনসুং য়াথং রাশকীদমক ভরত চীংখোং রাইমবদা অযোধ্যা লৈবাক পীনা মপারী চীংঙ্ নারায়ণ অহেনববু খোয়মা নায়ক চৎহল্লি। সত্য রাশক অয়েপ্পদি কায়হল্ল-মদনা নিংথৌ সনা, মহকশাংদি রাম মুংশি মৈচাক্লা য়াইবি থরাই থাদোকখিয়ে। হায়না পাউথেম্নরিবা রারদ মতৌ অসিবু নাতারবগী

য়াথং ৱাশক কায়হনগে হায়বনহিৈঙনে। পুকনিং ৱাচুম লৈতবা নিংথৌ সনা মৱৈবাক অসিদা ব্রাহ্মন ইকম ওইনা করি লৈৱশিবনো। খোইমোম ঐখোয়গী লাইনিংকম তপবন সুংঙাইবত্রম ইস্তাল্লসে। কৃষ্ণ সনা খুয়াৱেনবু উনবি পুকনিং পৱৈ-চেৎ জপ্, তপ্, তৌনা কোয়ৌ নোংলেময়রুসে হায়না য়ুবি খুজাই খুত্তা-সু ছত্র ইনপাক কোক্ত-তূপ চৈশূ খুত্তা পায় কাম্থা লেংদোন য়াম্না হোৌগৎখিরববু খোঙলোই চেংলৌ মিৎখিৎলবদা উনবি অঙক-চঙ্ য়াথং অময়ক ময়া কোলোয় পাউমেনঙদয়বগী নিংথৌ সনা মখোঙথাদত্রম য়াঙনা খঙহল্লরে।

হে নৱেশ্বর খোইখোইব ও! সনা নয়াথংবু বামন চেংলৌ মাঙদা থানা খঙহল্ল্রবু ব্রাহ্মন মহকশাংদা শমু খুংনা য়েবগুম য়াইবি কলহো নৌক্রা শাউঙময়ে। য়াথং ৱাচুম লৈতবা নিংথৌ মৱৈবাক অসিদা ব্রাহ্মন ঐখোয়গী ইৱান কম্বি ওইনা কনা লৈহৈবনো। খোইমোম লাইনিংফম্ ইন্দাল্লসে হায়না য়াঙনা হোৌগৎলোৱে। অন্তম শমু মখুৎ লোম্না খোঙলোয় মপাউতম্ নাতারবগী কংসধবজ ৱাজা নিংথৌৱেন্দি তিলাং মখোয় শাউববু মতিক মতিক হেনহৌৱে। কজাউ মৈয়াথোক মমিৎ থানা য়েংনা হে সুধন্য লৌশিং পুকনিং মাঙলব-ও! নঙগী নতৌ অয়োনবনা য়াথং ৱাশক কাবহল্লবগী ঐগী ব্রাহ্মন পুরোহিত অনিমাবু উনবি পুকনিং শাউহল্লে। হে ইদাইৱেম মালেম লৈবাক কোয়বশিংও। পুকনিং চিংন লৈতনা সুধন্য ইপায়ী অসি কোরি থাংগী কম্বি মৈশাথক্তা হুম্বরুরো। নিংথৌ পুরোহিত ইনাউ অনিমাগুং থুনা পাউকৌবিরুরো হায়না পাউমেল্লবগী কোলোয় মদিংথোংবু বলা-ধিক হায়না কৌবা মন্ত্রি মালেম লৈবাক কোয়বা অদুনা য়াঙনা হৌ-গৎলরগা সুধন্য পাঙনববু কোরি থাংগী কম্বি মৈশা নাকপু তানা পুখিৱে হায়দবরা?

হে সুধন্য পাঙ্গল নথোক্লকপা নঙবু থাং কম্বি মৈশা থক অসি দা লেপ্না হুম্বরঙৈনে। তাংজা ইক,ই থুমজাইবু পুম্না লৈতৱে হায়না পাউ-

মেল্লবদা সুধন্য লৌশিংবদি উনবি পুকনিং অমথক লৈজনা কৃষ্ণ খুয়ারেনবু নিঙশিংজরে। হকশাং থাম্বী মৈনা চাল্লমৈ'ন হায়বগী পুকনিঙ অকিচঙববু লৈরুবনা কোরি থাংগী কৃষ্ণ মপানলেন্দা লেপলুরবগা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোংথাবু য়াখং লৈশি থোইনা হা হা হে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌখ—ও। পাজল ঐবু ঙখিনা চৈশৌ ওইনরশিবা হায়না খম্মোই লকামুংদা উনবি পুকনিং পরৈ চেৎন-কোন্ লৈতোন মপুক থন্না কৃষ্ণ মিংলেন শোন্না থাম্বী মৈচাক থোইয়িবা অদুবু শমু মখুৎ লোন্না হায়জখিরে।

হে ইবুংঙো ! অগ্নিগুন ! থোইমোম লাইগী লাইবু ওইরিবা নঙবু উনবি পুক্লিং তপ্পা নাত্তাবি-ও হে থাম্বী মৈতরেং অন্নাবা নঙবু যেম্না কোয়ৌ অসি মুখিৎমাদা ঐগী য়াইকা অয়ান ওইনবা পাজল কনা লৈতরে। য়াচুম থোরম পুন্নমাদা পাজল ঐগী থাঙনপনবু ওইরিবা অদুনে। থোরম মশৌ অসিগী মমক্কা থাম্বী মৈশা লাংনা চাকশিল্লকে ভোৗবদি থোইদিং মখাইময়মদবু পুকনিং শোঙকি লৈরুদে। স্বামী কোয়ৌ ইনোংখৌ শ্রীকৃষ্ণ নিঙথিবগী পাদ পদ্ম সনা খুয়া থম্বাল লৈবু মিথয়েং শানবৈ কংদনা হকশাং লৈরাং অঙিংঙাদা অমম খমলৈ কুমগে ভোৗরিবা অনিদদ্ধম নমু পোংওইবরক্কুগী থরাই অতোনবদু লেপ্পা ওইরে, শুপ্পা অমম খমলৈ কুমখিবদি পুকনিং অকি লৈরুদে। তাইবং নোংশা-পান্দা নমু পোংবু ওইনা পোক্লবদি কোয়ৌ অসি মুখিৎমাদা য়াইবি থরাই থানা কমবি মৈশামুংদা চঙনা নোংমন লৌদয়বমুং লাংহৈ কুমশিং চাম্মনুংদা অমম খমলৈ কুমখিগে ভোৗবু শমু মাঙদা থানা মরৈরি। নমু পোংওইবশিংনা অমম লাংওনখিগে ভোৗবদা পুকনিং অকি চঙলুজৈবু পুন্না লৈজে। শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবা নঙগী মাইখোং মঙাল নাইববু চেংলৌ নশক. উদন্দরবা অনিদদ্ধম সুধন্য চৌংঙ লাইবক থীরবা ঐতোন্না লাইমুং পোৎলুম পুনা অরা ইরৈ চনবদু থোকহল্লে। য়ারম মতৌ অমমুং অর্জুন য়ায়রা তেলহৈবগী পানকর্ম. লাইয়োক-য়া লান-লোক ঐগী যথৈ লৈজবনা যথ দুনাই মথুরেৎকা লাক্লোই শগোল শামু চৈথৈ কিল্লাল লমঙালবা সনা চোংলেন নিঙথিবা সেনা লাম্বী পুন্নথাবু

পাঙ্গল ইতিক উংনা ককথৎতব্রিদৌৱা হকশাং অরেম্ববু ওইনা থাম্বী মৈদা চাকহনগে তৌরিবা অসিনদুম পুকনিং অবা চঙ্লুইয়ে। হে শ্রীহরি গোপালজী থোইথোইব ও! হায়না মিৎকোয় লাইজা ইকম-ভাউ য়াথং শীকহাই চৈরোয়ননা কৃষ্ণ কোলোয় মমিংথোংবু ফৃইনা যূইনা য়াৱা খোঞ্জেল লাউনা শোন্নে। মতৌ অসুম ওইরিঙৈদা গঙ্গাদাস লৌশিংবনা পাউমেনয়ে।

হে সুধন্ব পাঙ্গল নথোক্লকপা নঙবু উনবি পুকনিং তপও! য়াচুম থৌরম তৌরিবদো মকম কবি করিগুম্বা থৈবিক্তসুং নৈরাং অভিং-ঙাবু ওইনা থৌরম পঙ্না মাঙফদবনে হায়না অসুম থোদোংবিরবদা সুধন্য লৌশিংবনা পায়মা উনকোয়সুংদা নিঙথনজখিয়ে। থৌরম অমা অমা ওইরবসুং শ্রীকৃষ্ণ থোংথোইবনা পাঙ্গল ঐবু চৈশো ওইবিগুনো। নমু মীচনথিবু লানবিহৈবা সুংশি ইস্থোক্লবশিংবু ল্লোয়না মরুপ ওইনা থম্মোই থৌজাল পিরিবা অদুনে। হে শ্রীভগবান অথোইব-ও! নঙ্না কবি মৈশা য়ায়দা থাম্বী মৈচাক উৎপু ওইহনগে তৌরিবা অসিবু ঙাকপি-ও হে দামুদর হে লক্ষ্মীনাথ! হে যদুনাথ! হে পরং ব্রহ্ম থোই-থোইবা নঙনা ঙাকপি-ও! থাইনা লহান মাঙ্দা সতী দ্রৌপদি অচুম্বীবু লানবিরকপদুগুম্ববু সুধন্ব পায়মা লৌশিং ভাম্বা ঐবু হে লক্ষ্মীনাথ মপুরেন-ও। নঙনা লানবি-ও! কৃষ্ণ সনা নথোঙ-থাবু হেন্না হকথক লাংওন অসিসুং হয়েং লাংওন মপোক অমরকসুং নমু পোংওইবা ঐথোয়গী লায় থোঙজিল অমা তয়্না লৈতরবা অদুনে হায়না থাউ কবি মৈশা লাংনা চাক্লিবা থাম্বী মৈরীসুংদা চোঙশিনখিরবগা শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্না সুংঙাই থ্যান তৌনদুম লৈরুরে। মতম অসুম ওইরিঙৈ থী চাংফু মশীঙ য়াবা থাউকু মপুম লাকঙমদনা হয়্জিল্লবগা থাম্বী মৈরাং হৌনা চাকহল্লে। সুধন্য পুকনিং য়াচুম গুবদি কৃষ্ণ মিংলেন শোনবনা উনবি অপাঙ্ কংলবগী কবি মৈশা লাংনা চাকলিবা অদুবু মালেম নৈথোম অচৌকপদা শোক্লবদুগুমদে। থোইনিং মথক্ত মরমদবু থাম্বী মৈশা অশাবনু ওইরুদরো! পুকনিং অমক লৈতনা কাকাম্নিলেন শোন্না শরেং

মতামবোম অনিমাবু য়াংনা থাঙৎলবগা চূকোই মথেন্দ নৌনা শারে। মতৌ অসিগুম্বা থম্মোই পূকনিং মক্কবা অতুবু শ্রীদেবহরি অথোইবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবদা পূকনিং অপেনফংলবগী কৃষ্ণ থম্মোই লৈকাম্নুংদা য়ায়য়া হূপু তেম্না থারুবদুগুম্নবগী ঈশ্বর থোজাপ মিৎয়েং অথোইবনা সুধন্য অবা মৈশা লাংববু পূম্ন লৈহন্দরে। ভক্তি মতৌ অচেৎপবু থৌয়ম অসূম তৌনা হে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না কোলোয় মিংলেন শোনবগী থাম্বী মৈয়ীম্নুংদা সুধন্য ভাংজা লৈতোন খংলকপবু উবদি পূম্রি লাইজা ইয়াইরেন্দা শিংলেন থম্বাপ লৈকা ফম্না শাৎথোক্লকপদুগুময়ে। থাম্বী মৈশা লাংববু পূকনিং মুংঙাই থোইবদি কানবি ওলাংথাদা শিংলেন চন্দন অমেঙবনা হকশাং পূম্না চৌকহনবদুগুম্না কুণ্ড থাম্বী মৈয়ীম্নুংদা ধ্যান থোইমোম লাইবু নিঙবগুম মুংঙাই চাউথৎ মথেই তোংনা লৈরিবা অতুবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী কম্বি মৈশা নাক্তা লৈরিবা পূম্নম দি পূকনিং অচক-চঙ মুংবং হৈবা চল্লবনা হায়নখিয়ে। সুধন্য পূকনিং য়াচুম অয়েম্নবু শংশং ভাচনা খঙলে। নমূ মীওই চঙথোনবা মহাকপু লেম্না ওইরে হায়না নমু পোংওইবা খৈবিকনা মিৎয়েং শানখৈনবগী মুংঙাই মথোই তোংবনা হকশাং মতু চুংনা অসূম অক মতিক থাগৎনংংয়ে হায়দবয়া?

মপল রাজা নিংথৌরেনগী সনা ময়াথংনা থোঙলোয় য়াঙ্না থোশীখিবশিংদা কোলোয় য়াথং অচেৎপনা পুরোহিত ব্রাহ্মন অনি মাখু নিংথৌ মাঙদা থানা পাউকোয়ক্লবগী আসন কম্নফানবু থাদা কম্ফম-হল্লবগা সনা থাগোক-মুংগী শুন্ন কর্পূর য়াউববু পাম্না খুংশিম্নবা নিংথৌ থৌজাল মহৈয়োক্লরিবৈঙ থাং কম্বি মৈশানাক্তগী বলাধিক মন্ত্রি মালেম লৈথাক কোয়বনা য়াঙ্না শমূ মথুৎপোন নিংথৌ মাঙদা লেম্না কোলোয় পাউদম্লেয়ে।

হে নরেশ্বর মপুরেন অথোইবংও! সুধন্য নপামীবু কোরি থাংগী কম্বি মৈশা অকনবনম্নুং চাকপিদনা মুংঙাই মনিং তম্নতম লৈরে। কোলোয় মিংলেন কম্বিগুম্ববু মূখ চিনথান থম্না শোনবগী থাম্বী মৈনা

খাঙ্লিবনো হায়বসুং খঙঙমদদে। চকমোম মৈশা লাংববু পুস্না লৈতবহুগুমলে। নিংথৌ নপাস্নীগী থৌস্নম মতৌ ওস্তোকপা অসিবু কস্নঘনো? হায়না কোলোয় অসুম পাউদস্নববু নাতায়বদা মপল রাজা নিংথৌয়েম্নচিংনা মদাইরেম মালেম লৈবাক পুস্নমাদি উনবি পুকনিং ঙক্লা লৈরিবৈ নিংথৌ সনা মস্নাথংনা পাউমেল্লকয়ে। হে ব্রাহ্মন লৌশিং পুকনিং তপ্ল-ও! নবিঙানা মিৎস্নেং শানথৈবিরু-ও। থাম্বী মৈতয়েং অয়াবনা নমু মীহকশাংবু চাকপিদে হায়না কোলোয় পাউ-দস্নবা অসিবু ইস্নুং খোমলেন মংলানচানগুময়ে। পাস্নমা ঐগী উনকোয় সুংদা পুকনিং থাজ লৈরুদে অস্রম পাউমেল্লবগী ব্রাহ্মন শংখলিদ্ধ অনি-মাদি কম্বি মৈশানাক্তা য়াঙনা ইন্দানখিরবগা সুধন্য থাম্বী মৈদা চাক্তয়বগী সুংবং ইরৈচম্না নিংথম্নখিয়ে। লাইশোন হিদাক কস্নম্ববু থঙলবগী সুধন্য থাম্বী মৈদা থাঙনা লৈঙম্বনো? মহৈ মতিক অস্নবু ওইরবসুং থাম্বী মৈনা চাকহন্দবা অসিবু মতৌ ওইথোক্তবনো। কনাগী মতিক মহৈ করম করম্বশিংনা হকশাং মৈদা থাঙনা চাকহলদবা অসি-গুম্নবু উথিদরিয়ে। থাং কম্বি মৈনা শাদবগী তৌশিক্লনে হায়না থঙলে। অসুম নিংখল্লুবনা লৌশিং বাথল লোম্নবগী নিংথৌ সনা মথোংথাদা কোলোয় পাউদম্নরে। হে রাজা নিংথৌয়েন-ও! সুধন্য নপাস্নীবু থাম্বী মৈনা চাকঙমদবা মহাকপু লেপ্লা ওইয়ে। তৌইঙম পাস্নমা ঐথোয়গী উনকোইগুংদা নিংখল্লকপদি থাং কম্বি মৈনা শাদববুনরিঙ্কনে অসুম নিঙ্খল্লকয়ে হায়না ব্রাহ্মন কোলোয় মস্নাথংবু নাতায়বদা হংস ধবজ নিংথৌয়েম্না হে পুরোহিত লৌশিংব ও। নবিংঙাগী কোলোয় নয়াথং অসিবু য়াথং মতিক ওকপা মহাকনে। থাম্বী মৈনা চাক্তববু কনা লৈথোক্তে। শাক্তি বাচুম থঙনবা পোৎশক করিগুম্না অমবু কম্বি মৈশা থক্তা হাপ্লা মিৎস্নেং শানথৈবিরু-ও হায়না পাউমেল্লবগী ব্রাহ্মন লাইওইনবা অনিমাদি য়ুবি মপুম্নাবু শমু থুত্তা শুনা থাং কম্বি মৈশা থক্তা য়াঙনা হুস্তরুবনু চকমোম মহৌশাগী কোরি মৈশা লাংঙমদবনা চেংলৌ মিৎকুপ যরমদবু তনবিদনা য়ুবি তংদাই মচেৎ পোক্লা পোক-

খাইরবগা শমু খুৎনা শেম্বগুম বামন তাংজা মরাইবক্তা যুবি মচেৎ অনিমানা থারুরে। খাম্বী মৈশা লাংলবনিগীনা ব্রাহ্মন পুরোহিত অনিমাদি লাইবক ইঙাং চেন্না পোকথোক্লবগী অনা মৈশা লাংনা বাম্থ-খিরে। তাংজা লৈতোল খৎনা চিনগোয় পাউমেন্নি'দা নাতোল মালং নোংশিৎ থোঙদম্লুং পায়মা নিংশা মপি চাউনা হোন পাম্নেল উগী মতমগুম কোলোয় পাউনৈদনা লৈরমলুরবগা বামন উনবি কৈনিংশিং-লক্লবগী কম্বি মৈশা থক্তা লৈরিবা সুধন্য পাঙ্গনবদা পাউমেনখিয়ে। যুবি শুংদাই মচেৎ থোক্লা পোকখাইরকপতনা তাংজা ঐখোয়গী হৈর'ইবক্তা থারবদনম্লুং পুকনিং অঙক চঙ্না অরা মৈশা ফংয়ে। হে নিংথৌ মপারী-ও নঙদি কম্বি মৈশানুংদা পুকনিং লুংঙাই থোইনা লৈরিবা অসিবু থোরম মতৌ কররম্বনো হায়-ও হায়-ও হে নমু মীওই চঙখোনব-ও। তাংজা নরৈতোম্না করি-শোন পায়মা উনকোইনুংদা পুকনিং করি নিঙনা খাঙ্লিবনো? অসুম পাউহংলবদা সুধন্য পায়মা লৌশিং থোইবনা পাউথুমকয়ে। হরিনাম অরুববু হেন্না অতৈ করিগুম্বা অমবু তাংজা ইরৈতোন্না শোনগবনো? কৃষ্ণ হায়বা কোলোয় মমিংথোং অসিদি খাম্বী মৈতরেং অরাবা লাইজা ইরিক্লাই মালং নোংলৈয়াঙ অহুম্বাগী মবুংঙো তাইবং থরায় নিংশা পাম্নিবা খৈবিক্তী নোংদম মপুরেন লোয়না মরুপ ওইবিবা থোরম মতৌ খৈবিকপু পুম্না চঙখোনহল্লিবম্লুং হরি খোই মোম লাইমরুনে। থৌজাল মানকুনা অমম মখৈ লৈতবা তাইবং নোংশাপাল সমুদ্র ইরেন-পুংগুম্বা অসিদগী অরা ইশৌ লাংদনা লান্নখিয়ে হায়না বাহম্নরিবা অসিবু বারম তাঙনা খঙ্লে। পায়মা উনকোইনুংদা পুকনিং ঐবু থৌকাউ লৈত তাংজা ইরৈতোন্দা হরি কোলোয় ইমিং-থোংবু শোন্না মরৈজরিবা অত্তুনে হায়না পাউথুমক্লবগী ব্রাহ্মন শংখলিদ্ধ অনিমাদি পুকনিং অঙক চঙ্না নিঙ্থমখিয়ে। সুধন্য নিংথৌ মপারী অসিদি উনবি পুকনিং পাঙ্না কৃষ্ণ ভক্ত অরেপ্পবু শংশং তাঙ্না ওইরে হায়ববু খঙদনা বাখল ঐখোয়গী লৌশিং বাৎপনা লৈরাং অতিংঙাদা অরা মখৈ লৈতবা পঙ্না দঙি বাররুয়ে। মতৌ অসিগুম্বা মহা-

পূকনিং লোশুদয়রবশিংগী মতিক অরুববু চিনকোয় ঐনা পাণ্ডবশিংবা লমচৎ মতৌ অসি থৈবিকপু মওইরবা অদুনে। থৌরম অশিংনবরা নমূ মীপোক অকবশিংগী গুণ মতিক কংনা কনা হায়গুমগবনো হায়-গুমলোইয়ে। লমচৎ মতৌ অসিবু উনবি পূকনিং পীনা নাত্তাজরবশিংদি বৈকুণ্ঠ কোয়ৌ নোংমদোনবু থৌরম অধীন লৈত্তনা তানকংলৈয়ে। শ্রীকৃষ্ণ থোইথোক্তবনা মীওই লাংওন কবশিংবু থৌজাল লনকুবিবা অসিদা মতৌ ওম্মোকপা মশেমে হায়না থগুও! মহাভারত অথোইবগী পূন্য বারম অয়াম্বু নমূ কনাগুমনা তারোই শেয়োং নীকবনো সঞ্চিবর সেনগী মপান্না গঙ্গাদাস লৌশিংবনা য়াওয়বা অসিবু থগুনা হে নমু মীওই চণ্ডখোনবা মখোয়দি নচিল রাম রাম শোয়া তাবিয়ো॥

